# রঘুবংশ মহাকাব্যম

## মণিপুরী অনুবাদ

(৭ম সর্গ—১২শ সর্গ)

ছন্দোকচবা :

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থ

গোল্ড ম্যাডালিস্ট

কোৱবা—অনুবাদক

লাইরিক কংকয়—ও, কে, চৌর।

মণিপুরী কোপী—৩০০

অহানবা সংস্করণ মার্চ্চ—১৯৭১ ইং





অনুবাদক

শ্রীঅরিম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থ

গোল্ড ম্যাডালিস্ট

ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল মণিপুর

নব্বম-বীণা প্রেস, লম্বাং কৈসামথোং রোড, ইম্ফাল।

# বাহৈদোক

ঐখা ইরৈবাককী শিক্ষিত সমাজগী মকমদা নোংল্লক্লা হায়জরি—কবিকুল শিরোমনি ওইবা মহাকবি কালিদাসনা ইবিরম্বা রঘুবংশ মহাকাব্যগী কজবসি ইমালোমদা মমিদং তাররম্ম হায়রদুনা হন্দোকচবনি। ১৯৬৮ ইংদা মসিগী অহানবা শরুক (১ম সর্গ—৬ষ্ঠ সর্গ) মণিপুর সরকারগী মতেঙ্না কোঙজখ্রে। হন্দকস্থ অনীশুবা শরুক (৭ম সর্গ-১২শ সর্গ) সরকারগী মতেঙ্না কোঙজরি। মসিদা অশোয় অরানবা য়াওথিবা পূম্নমক অদু শিক্ষিত সমাজনা চাকপীয়ু।

প্রার্থী—

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা

তাং ৫ মার্চ্চ ১৯৭১।

# রঘুবংশ মহাকাব্যম্

## সপ্তম সর্গ

মতীকচাবা ববগা লোয়নরিবী | স্কন্দগা লোয়নবী দেবসেনাগুম্বী
মচলগুপী পুজনা বিদর্ভনাথ | লেংশিনখরে কোনুং মায়কৈ পাংজনা ॥১॥

ভোজ নিংথৌ মম্মোয়ায়বু | ফংবগী আশা কায়রবা
নিংথৌশিংগী কাংলুপক্তনা | ফিজেৎ লৈতেংবু মশকপু
অরেম্বদা নিন্দা তৌজনা | মচুমমেনদি থোক্তুবা
গ্রহশিংগুম্না অযুকী | চন্দ্রি মা-মাগী শিবিরদা ॥ ২ ॥

স্বয়ম্বর অদুদা | শচী য়াওবা মরম্না
রৈখায়-থিঙ্গাইগদবা | অমত্তম্ লৈখিদে।
অতুক য়াম্ব নিংথৌছ | অজযুবরাজদা
থরুম তোন তোনমক | ইরাং লালহৌদি তৌখিদে ॥ ৩ ॥

মফম খুদিং অনৌবা | মচন্নদি শেন্নবা
চূমথাক্তুম্ নীংথিবা | তোরণনদি থন্নবা
ফিরাল মমিমক্তনা | মুমিৎ মঙাল জাদ্রবা
রাজমার্গ চঙখরে | বরনা বধূ পুজনা ॥ ৪ ॥

সনাগীদি মীছথোক্ | ফাংপা দালাব অক্তা
পুক্নীং চঙনা অজগী | মশক্তুবু য়েংনিংবী।
শকহেনবীশিং অক্তনা | থৌম্নম অতৈ থাক্তনা
মথাগী থৌরমসিঙ্গবু | হোৎনজখি মতমদো ॥ ৫॥

থোঙনাও য়োবা লম্বীদা
কনাগুম্বী অমনা
লৈরাং পরেং তারবা
শমজিন্থবু পুনবগী
কনাগুম্বী অমনা
খুখোংলিবা আলম্ভানা
থোঙদোলুবু চিংশিল্লুনা
থোঙনাও য়োবা লম্বীদা

য়েংকি মীত্তা কাজলবু
হাপ্লমদনা তুরিদং
থোঙনাও লম্বী তমহ্রনা

অহোবদা থোঙনাওগী
কোম্বা ফিরৈ য়েগুনা
চিংবগী মঙাল্লা খোয়দোদা
মকি অহ্রবু পায়হনা

কনাগুম্বী অমনা
লেংব তম্মাই চনবদা
অফিং খোংথাং ওইবনা
মণি তাথি হিকথনা

মথুম মরাঙদি হৌরবী
মদ্যগী মনম পল্লবা
খোইমু ওইরিবা মমায়না
গবাক্ষশিংদ্র থম্বালনা

সুরাশিংগী কাংলুপ্পা
য়েংজবদা অজবু
মখোয়'হ্রগী অতোপ্প
পুম্নমক্কু লোইনমক
ঊত্রিবা নিংথৌ কয়ানা
ইন্দুমতীবু হায়জখি,

তফিং তফিং লাকপদা
শমজি নাম্বোক্লহনা
মখুৎনদি ঊাক্লিবা (কাম্রিবা)
রাখল য়োনা খনখিদে ॥ ৬ ॥

লৈতে‌ংবিগে হায়হ্রনা
তৈবদা ইঙাং ঙাংবা।
তফিং তফিং চত্তুনা
পীখি মমি' ঙাংবা ॥ ৭ ॥

হাপ্লগা ওইরোমদদি
পায়রিবী কনা'মনা
পরপ্ পরপ্ খোঙথাম্বি ॥ ৮ ॥

য়েংবী কনাগুম্বীনা
মঙোল্দা শিবা খুজিনা—।
চম্বিবা মখুৎ অহ্রনা
লৈখি চপাত্তি লেপ্পুনা ॥ ৯ ॥

মেখলাবু মণিগী
তফিং তফিং হোগংখি।
থোঙফম খুদিং চোইহ্রনা
খুত্তা লংদা ঙায়হৌই ॥ ১০ ॥

সুরা নীংথিবীশিং'হ্রগী
তথক তথকপা মমীংনা
অহোবা মফম কুপ্লবা
লৈতেংখিবগুম নীংথিখি ॥ ১১ ॥

থোয়াংলবা মমীংনা
অতোপ্পা অমা থঙখিদে।
ইন্দ্রিয়গী মথৌদাং
চঙখিমাল্লে মমীঙ্গা ॥ ১২ ॥

মশাগী ওইজনিংহ্রনা
অহ্রমকপু মহাক্লদি

## সপ্তম সর্গ

স্বয়ম্বরনা ফবনি খনজিবত্নুদি চুম্বনি।
নারায়ণবু লক্ষ্মীনা ফংজবগুম্না মহাক্না
চানবা মপুরোইববু ফংলমগদবা নত্তনা? ॥ ১৩ ॥

পুক্নিং হুনদি ফজবা ঐখোয়গী মীৎনা উন্নিবা
মুশী মুপা অনিসিবু পুংবা ওইহল্লমগদবদি।
অনী অসিদা বিধিনা ফজবা মতৌ হাপ্লবা (থোক্লবা)
হোৎনখিবগী অরাবা অংশস্বরূপ তারম্মি ॥ ১৪ ॥

মীশক অনি'সি শোয়দনা কামগা রতিগা ওইরম্মি,
নিংথৌ লিশিংগী মথুংদা ভোজমমোম্না মশাগী
অচাবা মপুরোইববু ফংজখরে মরমদি,
খঙঙ অতোপ্পা মপোক্নী লৈনবা মরী পুক্নিংনা ॥ ১৫ ॥

অজযুবরাজনসু মহিলাশিংনা পুরগী
ঙাংনবা য়াহৈশিংদবু তানা তানা মঙ্গলগী।
পোৎলম করানা ফজনা শেম্নবা কন্যাদাতাগী
ফজবা সঙ্গাই শাংহনা চঙশিনখরে তপ্না তপ্না ॥ ১৬।

মতুংতুদা শামু অমোম— থক্তগী কুমথরক্লুনা
কামরূপ নিংথৌ মখুৎ পায়শিল্লহনা মখুৎনা,
ভোজ নিংথৌগী মখুৎনা থিন্দুনা তাকপা মমুংগী
মাঙ্গনদা চঙখি মহাক্না মুপী থম্মোইদা চঙবগুম্ ॥ ১৭ ॥

মমল য়াম্বা সিংহাসন থক্তা ফমহনা মহাক্না
ভোজনা পুশিল্লক্লবা রতনগা মধুপর্কগা।
লোয়নরবা অর্ঘ্যবু রেশমগী চরৈ অনীবু
মুপী অতৈগী মীৎচিনা য়েংবসু য়াওনা লৌশিনখি ॥ ১৮ ॥

অনৌবা থাজ মঙাম্মা কোঙ্গোল মপৈনা নীংথিবা
সমুদ্রবু চাংজো নাক্তা পুশিল্লকপগুম রেশমগী
চরৈ শেংলিবা অজবু অন্ত ঃ পুরবু শেল্লিবা
মনাই লমচং নাইবনা ইন্দুগী নাক্তা পুশিনখি ॥ ১৯ ॥

নিংথৌনা পূজা তৌরম্বা
পুরোহিতনা হোম তৌরবা
পতি পত্নী অনীমক্তু

অজনা মখুৎবা ইমু
ফজবদি বৈনৌ কৌবা
অশোক লতা মমাংদা

মথুক্তা তুত্তুংবা বরনি
চোংলবীনিদো কন্যানা
কামগী বৃত্তি মান্নন

মহৈ মহৈ য়েংনিংঙ্গুরা
হায়কেং হায়কেংনা হুন্না
তথক তথকপা মীংয়েংনা
ইকায়হুনা থুপচিনখি

মৈরী বাংনা কাবা মৈবু
বরকন্যা অনীমক্তা
কোয়না লৈহুনা চংলিবা

নীংথু হকপী ইকারথাবী
মমীং মাল্লিবী মমীংনা
ব্রহ্মাগুম্বা পুরোহিতনা
কবোক অফাবা থুজোকপু

শমী মনাগী কবোক্কী
শেংলবা মৈখু অমথক
মতোম্না থজাই শোক্লম্মি

আচারগীদমক লাথিবা
ফজহল্লিবা মখাথুম্ন
লাংশিল্লম্মী কাজলগা
মমীংলো তিনম্মি মমাংদো

মৈথুবা ইরং লংলবা
মৈবু সাক্কি থম্নহুনা
পুম্নহনখি মতমহুদা ॥ ২০ ॥

মতীগী মখুং পায়দা
পামেলনা মাগী মনাদা
তিল্লগা ফজবহুবকি ॥ ২১ ॥

খুংচাদা হয়াং মরাক্তা
খুংকা খুংকা শম্নবদা
য়েম্বোকখিবগী মতানি ॥ ২২ ॥

পুংয়ান য়েংবদি ওমদনা
মীংচিদা য়েংবা অনীগী।
খুদক্তা হক্তিনখিহুনা
ফঙখি ফজবা মতৌবু ॥ ২৩ ॥

য়েংওইননদি কোয়ম্নিবা
সনজীংগীদি ময়াদা
অহীং মুংথিলগুম নীংথিখি ॥ ২৪ ॥

ময়াইকাবা চকোরগী
ইন্দুমতী অহনা।
তাকপা য়াথং মতুংইন্না
মৈরীদা কংচখিরম্মি ॥ ২৫ ॥

থীগী মনখু পুম্নিবা
মৈমুংতুদগী কারকখি।
ওইরম্মি মাগী নাচিন্দুম্
(নাচোমতুম) ॥ ২৬ ॥

মৈথুনা মাগী মমাঙ্গবু
কোবা নাকোংগী লৈতেংকো
য়াম্নবা পিরাং চেকলা
থজাইসু তম্ভাং তম্ভাম্মি ॥ ২৭ ॥

সিংহাসন থক্তা সনাগী
স্নাতক গৃহস্থ কাওবুনা
ভোজরাজনা অমস্তুং
হিংলিবী মুপী কয়ানা
মথও মনাওদি কায়দনা
কল্লিবা ময়রম্বু
মরূপ মপাঙ্গা লোয়নবা
মচানিপা মপুরোহিতা।
অচোৎপা চেঙবু পাময়না
আশীর্বাদবু পীনখি ॥ ২৮ ॥

মচাক মরল রাজ্রবা
নিংথৌ মহাক অমুনা
বিবাহবু পাঙ্লগা
পূজা তৌননবগী
থাউটৈ ভোজ শাগেপী
মচল ইন্দুমতীগী।
নিংথৌশিংবু অমমম্
মনাইশিংদা হায়দোকখি ॥ ২৯ ॥

কুমীরনচিংবা কজা
পাংকা পাঙথক্তি ওইরিবা
পেন্সি পেন্দনা পেনবাশা
ভোজগা পাওমেন্নরগা
থুদোল ওইনা পীরম্লগা
জীবনা মুংদা লৈরিবা
নিংথৌশিংগী কাংলুপতুম্না
মুওওাইডবা কয়া পুকনুম
মাগী পূজা সম্মানবু
মরৈবাক্তা লোইনা চৎনখি ॥ ৩০ ॥

অজগী লম্বী থৎপনা
হায়দুনা লেপ্নখরবা
ইন্দুমতীবু মুনগনি
অজনদি চংকদবা
ঐখোয়গী ইথৌ পাঙ্গনি
নিংথৌগী কাঙলুপ অমুনা
লাম্ফেংনরগা থন্দুনা
লম্বীদু তম্বং থৎখরে ॥ ৩১ ॥

ক্রথকৈশিক লৈপাক্কী
মচনমুপীবু ফজনা
মপূক থুংবগী হৌনবা
অযোধ্যা তম্না অজবু
মবুঙ্ঙো ভোজ নিংথৌনা
লুহোংবিরবা মতুংদা
পোৎলম থাক্তনা উন্দুনা
মথাও থাদুনা থিলম্মী ॥ ৩২ ॥

মরোল অহুমদা কাওরবা
অজগা মুমিং হুন্নিথক
থানা থাশি লোইরগা
বিদর্ভ নিংথৌ ভোজনা
লৈমিন্নরগা থাদোকখি।
মুমিংপু থাদোক্লমখোম ॥ ৩৩ ॥

দিগ্বিজয়গী মতমদা
রঘুদা মোলোম থমম্লিবা
মচা অজনা অথোইরী
মচাক মরল লৌখিনা
নিংথৌ ওাক্তনি অমুনা
মুপী ফংবদা থাওমদে ॥ ৩৪ ॥

থোয়রবা নিংথৌ কাংলুপ্পা
অজগী লম্বী থংলম্বী,
লৌরিবা বিষ্ণু চরণবু
ভোজ কন্যাবু পুন্নিবা
বলিনা কংপা সম্পংপু
থংখিবগুম প্রহ্লাদনা ॥ ৩৫ ॥

মপা হাক্তক্কে ওইরকপা
মন্ত্রী অতুগী মফমদা
শিন্নরন্নগা অজনা
ঈহৌবা শোণতুরেলনা
অয়াম্বা লাম্মী লোয়নবা—
ইন্দুমতীবু ঙাক্লবা
নিংথৌ তেঙ্গোলগা থেংনখি,
ভাগীরথীদা থেংবগুম্ ॥ ৩৬ ॥

খোঙমীনা থেংনৈ খোংমীগা
শগোল তোংবা শামু তোংবা
থেংনখিবা লানফম অদু
রথীনা থেংনৈ রথীগা,
মপা মপা পান্নহনা
ওইখি লানবাদি চান্নবা ॥ ৩৭ ॥

লানবুং কন্না য়ৈরক্লে
ময়েক মশোল তারক্লে,
মাগী মাগী শাগৈগী
তেনদা হুকপা ময়েক্লা
ঙাংবা শকপা পুন্নমক
মতম’হুদা লাম্মিশিং
মুগী মমীং পল্লমদে,
অকাওবা মিখৈ ফোংদোকখি ॥৩৮॥

লানফমদা শগোল খুজিন্না
দোলাইগী কাখোংশিং অহুমা
শামুগী মনানা হুমহনা
উমুলনা ফিগী মতোঙুম
হৌহল্লকপা অমদি
অমুকস্থ কুণ্ডশিহল্লবা
ঈশল শন্না পায়রিবা
খঙ্গিনথরে নুমিংপু ॥ ৩৯ ॥

মুংশিংনদি হুমদা
তেঙ্গোলহুগী উমুলবু
ধ্বজশিংদো, অনৈবা
থাঙ্গৈশেংবা ঙাগুম্না
কাথোক্লবা মচীন্না
লৌরিবা ঙারোংমাল্লবা
ঈশিংবুদি থক্লিবা
নীংথিজথি লানফমদা ॥ ৪০ ॥

উমুল অমম্বা মরক্তা
দোলাইনি হায়বা খঙনখি,
মখোলনা শামুনি খঙনখি,
মমিংতনা ঐগী মীগী
দোলাইগী কাংখোং মখোলনা—
মঙক্তা থাংবা শরিক্কী
শোন্নরকপা মপুশিংগী
হায়বা মুন্নদি খঙনখি ॥ ৪১ ॥

মীংকী মীংলম থংলিবা
উমুলগী মশক ওইরিবা
লানফম শিনবা থুংলিবা
অমম্বগী মফমদা

শগোল শামু অথৌব
ঈগী ঈচেল অহূনা
মন্নামদগী তান্নকপা
অযুক 'ওনবগী মুমিৎনি ॥ ৪২ ॥

মুংশিংনদি হুম্লকপা
উমুল মরীকশিংহুনা
মৈতাল মখাক ওইরবা
কাখৎলকপা মৈখুওম
লৈমায়ঙদি তাদবা
ঈথেংথক্তা তান্নম্মি।
খাম্বি মৈগী মথক্তা
নীংথিজখি য়েংবদা ॥ ৪৩ ॥

দোলাইথক্তা ফম্লিবা
কংহুনা রান্থক্নরগা
থোদোক্লম্বা সারথি
মখোরগীদি মশাদা
মীশকশিংদা উখিবা
থঙলক্তুনা শাউবনা
রথীশিংনা চৈনাখোল
লানফমদগী শগোলবু
য়েংলহুনা চৈরগা
খুৎলাই শিজিন্নথিবা
ফিরাল'হুনা লমওইনা
খুৎও খুৎলাই থারম্মী ॥ ৪৪ ॥

খুৎচুম্বা লিক্লং পায়বনা
য়েক্লবগী তেন্না লমখাওদা
মমাঙ থঙলিবা শরুক্তা
কাপ্লকপা তেঞ্জৈ থিবিক্তে
ককথৎথ্রবা মক্তদা।
পানুখি অতম্বা মকমদা ॥ ৪৫ ॥

শামুশিংগী লানফমদা
শমকোক থাঙ্গুম থোরবা
তুবৎ তুবৎ ককথ্রবা
মন্নুঙদা মশম পকথ্রবা
শামুথোবা মউংকী
চক্র কোবা খুৎলাইনা
খুমুখ্রংগী খুজিনগী
নুরেন কোক্লা কেনখরে ॥ ৪৬ ॥

শগোল লান্মী কাওলুপ্পা
খুৎলাই চৈথা পীবদা
শগোল থক্তা তাহুনা
হন্না খুৎলাই থারমদে
মমান্নবা লান্মীদা
খুৎলাই হনবদি ওমদবা
লৈরিবা য়েক্ল কাওলুপ্পা
হিঙ্গৎলকপবু পান্নম্মী ॥ ৪৭ ॥

থাদোকপদা মশাবু
লানগী মুরিৎ লিংলিবা—
মখুত্তা পায়বা থাঙনা
মখ্মদগী চোংখোকখি,
মৈবু কিহুনা শামুনা
নাচুংবদি লৈত্রবা
শামী লান্মীশিং'হুগী
তাবদা শামু ময়াদা
থাং'হুদগী হোৎনকপা
মুংখি মনাতোননা ঈশিঙ্গা ॥৪৮॥

তেননা ককঞ্জিবা কোক্কশিংনা মহৈ ওইহল্লা কেনলকম্
কোক্কগী তাবা নুঙ্গা পান পাত্র ওইনা ভানকম্
ঈনা মদ্যদি ওইহল্লা লোখোং অমগুম চেল্লিবা
যুদ্ধভূমিনা মৃত্যুগী পান ভূমিগুম নীংথিখি ॥ ৪৯ ॥

উচেক্লা চিদাই অঙ্গিবা শেংলবা পান্থোম মককপু
শাহিং ওাহিংবু পাল্লবী লমহুই অযোমশিংহল্লা
মখোয়দগীদি মুনবগা পান্থোমদা শিরম্বা তালগী
মতোন্না মতৌ খোংশলা খুদকতুমক্তা থাজোকখি ॥ ৫০ ॥

রেল্লবগী থাংলেন্নবা মকোক নুরেন ককখ্রবা
অকনবা কনাগুম্বা লাই ওল্লগা খুদক্তা
ওইথংবা মজ্বাক্তা লাইরেম্বীনা থৌগনল্ল
লানকমদা অগোই শাগ্নিবা উথি কোক্কেনবা মশাবু ॥ ৫১ ॥

কনাগুম্বা অকনবা অনিথক্লা মহৈ মহৈ
সারথিবু হাংনবনা মখোয় অনী অত্থক
সারথি রথি শুপ্রূনা থেংনরকপা লানকমদা
শগোল শিনক্খিবনা গদানা লাক্কু মুনখি
গদা তেক্কুনা মমৈদা পান্থোম পান্থোম পায়নখি ॥৫২॥

মহৈ মহৈ শোল্লবা পুঙকম থেনফম মাননবা
মথবারদি মাগুথ্রবা অপসরা অমথক্তংবু
খাশা তোক্লবা অকনবা লাম্মী নিপা অনিদা
লাইগী মশক ওইথ্রবসু খংনবদি তোক্লমহে ॥ ৫৩ ॥

অনীথোক্লা লৈরিবা লাম্মী তেঙ্গোল মপেদো
তুংথ মাংথ শিংলকপা মুংশিংনা চাউখংলক্লবা
সমুদ্র ঈথক অনীগুম অমদগী অমনা
অরেপ্পা কৌবা লৈতবা জয় পরাজয় ফংনখি ॥ ৫৪ ॥

অতোপ্পগী তেঙ্গোলনা মাগী তেঙ্গোলবু তানথাইখি,
অহুমক্তদা অজনা য়েক্লবা তেঙ্গোলদা মুজনখি।
হাবুংদগী মৈথুবু হুমথিবা মাই মুংশিংনা,
মহাক লৈবা মফম্না মৈগী লৈকম ওইবনি॥ ৫৫ ॥

থী ওইনা তেন্দোং য়ান্না
য়াপল চাওবা অজনা
নিংথৌগী মপৈ খিবিকপু,
সমুদ্রগী চাংজো থুম্বা

ভগবান্না তৌবগুম
য়েৎকী থুংপু তেন্দোংলুম্বদা
অজবু উথি লানফমদা
চিংলবা মাগী লীরিনা
তেনগী মপৈ খিবিকপু

শাউহ্না চিক্লুবদগী
থক্তা ময়িদি পল্লবা
অথম্বব তেন্না কল্লবা
মাংলেম পৃথ্বী লৈমায়বু

শামুনা মপুং ওইরিবা
শগোল দোলাই খোঙমীনা
খুংলাই মপৈশিংনসু

লৈচিন্না কুপথুব্রা অয়ুকপু
হুমিংনা মরম ওইহনা
য়েক্লবশিংগী খুংলাইনা
ফিরাল মতোল অহুক্তনা

মজা ঈবুঙো অজনা
প্রিয়ম্বদ কৌরবা
গন্ধর্বনা দেবতা ওইরিবা
অয়াম্বা নিংথৌ খিবিক্তা

অহুগীদি মতুংদা
হায়বা ফাওবা কাওরবা
মরেংজুম নামদা তারিবা
চৈথোক্তা ঙাহ্না লৈরিবা
তেঙ্গোলগীদি মপৈদো

হুরিং লিংনা লীরুং পায়না
কনা য়াওদনা মথন্দা
কল্লত্তাগী মতমদা
ঈশিংবুদি বরাহ

সর্সর ঈত্থোকখি ॥ ৫৬ ॥
নীংথিনদি ইনশিনখিবা
অমুক্তংবু নাকোঙ ফংনা
য়েক্লববু হাংকদবা
পোকথোকখিবগী মতৌনি ॥ ৫৭ ॥

মচিনবান্ ঙাংশং ঙাংলবা
পীশুম শুক্ল লৈরিবা
য়েক্লবশিংগী মকোক্লা
কুপশিনখরে অজনা ॥ ৫৮ ॥

তোঙ্গোলগী মমুং চল্লিবা
কবচবু ককথংলিবা
নিংথৌশিংনা অজদা ওংলম্মী ॥৫৯॥

মমি শামি উরিবা
খঙবা ঙম্বগুমহনা
পুমথুম খুমথুব্রা অজদো
শঙনখিবহ্ মঙাইখি ॥ ৬০ ॥

কামদেবগুম নীংথিবা
গন্ধর্বদগী ফংলকপা
তুম্লনবা খুংলায়বু
শাজিননরম্মি তুমদনা ॥ ৬১ ॥

মখুংনা লীরি চিঙ্গনি
মকোক্তা উপ্পা লুহুপ্পা
মশা মশানা ফিরানগী
নিংথৌ অহুক য়াম্বগী
খোম্লেন তুমখুন হুনখয়ে ॥ ৬২ ॥

অহুগী তুংদা অজনা, ইন্দুমতী কৌবীনা
মহাও নীংথিনা থঞ্জিবা মচীনবান্দা মোইবুংবু
নীংথিনবু থন্নগা খোঙলম্মিদো মহুগা
লানবা লৈতনা কল্লবা মানা মখুংনা তাঙবা
শক্লাইবা অফ মীংচৎপু থকচবগুম নীংথিখি ॥ ৬৩ ॥

মোইবুং মখোল থঙহ্নুনা চেল্লুবদগী হল্লকপা
মাগী লান্মী খিবিক্লা, মাগী য়েক্লবা পুন্নমক
লোইনা ইতুম তুমথ্রবা অজ মাবু উরম্মি
পোল্লিবা থম্বাল মরক্তা মমি তারিবা থাজগুম্ ॥ ৬৪ ॥

রঘুগী মপারি অজনা নিংথৌ মখোয় খিবিক্কী
অফব মীংচৎ লোথরে নথরায়বুদি চানবিরে।
অসি থঙহনবা ময়েকশিং ঈ তৈরবা তেন্দোন্না
নিংথৌশিংগী ফিরালগী চৈথোকশিংদা অজনা
য়েকহনবিখি অতোপ্পা মীশকশিংদা হায়হ্নুনা ॥ ৬৫ ॥

নীরুং খোংজিদা মপাম্বোম নাম্নবুদি থল্লিবা
লোথোকপদা লহুপ্পু শমগী শম্বুল কাররবা
লাইবক্তা হযাং কাররবা অজনা মাগী অচানবী
মিপাইবী ইন্দুমতীদা চঙলগা রাবু হায়রম্মী ॥ ৬৬ ॥

ইন্দুমতি! য়েঙঙুবে ঐনা য়াথং পীরবনি
য়েক্লবা নিংথৌশিংসিগী মখুত্তা পায়বা খুংলাইসে
অঙাংমক্লম্ মুনবদা লায়না ওন্নগদবনি।
লানগী লানবোং অসিদা নিংথৌ খিবিক অসিনা
ঈখুং চল্লবী নহাকপু মুনগে হায়নস্ নীঙব শাই ॥৬৭॥

য়েক্লবশিংনা ওংলকপা নৈরকপদগী পোকখিবা
অরাবগী মমি তাত্রবা মাগী মমায়না নীংথিখি।
হোন্দোক্লকপা স্বরগী মনিন্ কোকলবা মিংশেলগুম ॥৬৮॥

ইন্দুমতী হরাওজৈ অত্রুবু ঈকাইজবনা
মপুরোইববু মশানা থাগৎচবা গুমদনা
মত্তাশিংগী রাইহনা থাগৎচখি মহাক্লা।

অনৌবা নোংগী নোংলিক্লা
থীক্লবা বন ভূমিনা
য়াহোং মখোলনা থোঙওইনা
নোঙ্গী মপৈবু থাগংপাগম্ ॥ ৬৯ ॥

নিংথৌশিংগী মকোক্তা
দোষ লৈতবা অজনা
খোঙওয়না নেত্তুনা
দোষ লৈতবী ইন্দুবু
মাগী ওইনা লৌখয়ে,
শগোল শামু দোলাইগী
উষ্কল পকপমক্তনা
মশম শ্যাও শ্যাও লাওরবী
মহাক অহ্ শক্লাইবী
বিজয় লক্ষ্মীগুম নীংথিখি ॥ ৭০ ॥

হান্নদগী হৌহ্না
মপারী অজ কৌবনা
লানঙমজয়ে থঙলবা—
রঘুনা পোন্ননিঙাই ওইরিবী
ভার্য্যাগা লোয়নরহ্না
লাক্লবা অজবু থাগংখি,
মঙোন্দা মাগী ভার্য্যাবু
শিন্নরক্লগা রঘুনা
শান্তি লম্বীদা চঙনিখি
অথোইবা মচা কংলগা
সুর্য্যবংশগী সন্তাননা
গৃহধর্ম্ম চংনদে ৭১ ।

# ৮ম সর্গ

অপোকপা রঘুনা মতুংদা
খুত্তা থাংলিবা অজগী
অমগুম্বী পৃথ্বীবু

বিবাহগী হস্তসূত্রবু
ইন্দুমতী অতোপ্পী
মথ্‌ত্তদি শিন্নথি ॥ ১ ॥

নিংথৌগী মচা অতৈনা
লৈপাক ফংনবা হোংনরি,
মপাগী য়াথংনি থন্দুনা

অরানবা উপায় করানা
অজদি মশানা লাকচবা লৈপাকপু
পামদ পামদ মরোথি ॥ ২ ॥

বশিষ্ঠনা থোমহুনা
অজগা লোয়ননা মশাগী
ফংজরবা মতুংদা
গুণ লৈবা মপুরোইববু

থম্লম্বা ঈশিং মপৈনা
অভিষেকপু পৃথ্বী মশানা
ফোংনা কামখৎলকপা
ফংবগী হরাওবা তাকপগুম্মি ॥ ৩ ॥

অথর্ব বেদ খঙলবা
অজদো য়েক্লকল্লক্লা
ক্ষত্রিয় তেজগা লোয়নবা
মুংশিংকা মৈগা অনীনা

বশিষ্ঠনা সংস্কার পীরবা
মায়থিহনবা ঙমখিদে।
ব্রহ্মতেজ হায়বসে
পুল্লবনি শোয়দবা ॥ ৪ ॥

অনৌবা নিংথৌ অজবু
যৌবনগী মতম লেল্লবা
সম্পাত্তিদং রঘুগী
অতৈ গুণ মথৈদি

প্রজা থিবিক অহুনা
রঘুনি হায়না মথনথি।
ফংজরমখিদে অজনা
ফংজখিরম্মি লোইনবা ॥ ৫ ॥

অফব পোৎশক অনীগা
অমুকম্ হেন্না নীংথিখি,
নিংথৌ খুবম্না অজগা,
ইন্দ্রিয় জয় কৌবগা

তিন্নখিবদা অনীথক
অপোকপদগী ফংজবা
মাগী অনৌব যৌবননা
তোংন তিন্নখিবননি ॥ ৬ ॥

মপাম্বোম পাঙ্গল চাওরবা
পৃথিবীবু নৌনা লুহোংহুনা
য়েংনা য়েংনা ভোগ তৌখি

অজনা নৌনা ফংলবা
লৌরবী মুপী অমগুম্
নত্রবদি কিগনি থল্লম্বী ॥ ৭ ॥

প্রজাশিংগী মসুদা
মপুনা য়াবদি ঐদনি
তুরেল লিশিং লিশিংবু
কলাগুম অমবু

অজ হায়বা নিংথৌনা
পংমেও মেওবস্তু নত্তনা
নুংশিংনা উপালবু তৌবগুম
মাঙহনবদি নত্তনা

মতুং অত্থদা রঘুনা
পাত্র মন্ত্রিশিং অত্থদা
মপুক চোইদ্রে উরগা
লাইরৈবাক্তস্থ লৈরিবা

দিলীপ'বংশদা পোকপশিং
মচাগুম লৈবদা
উকুনা মফি ওইরিবা

বনবাস তৌথ্রগে
মপা রঘুগী মফমদা
মুকুটনা নীংথিজরবা
খুরুমজরগা হায়জখি

মচা চানবা রঘুনা
অজনা পামজবা থুংহনখি,
থাদোকথ্রবা লক্ষ্মীবু

অরোইবা সন্ন্যাসাশ্রমদা
মপানদদি লৈরম্মি,
রাজ্য লক্ষ্মীনা নীংথিনা

রঘুনা সন্ন্যাস ওইখিবা
কাওরবা রঘু শাগৈদো
হুমিংনা লংনা খোল্লিবা

লৈরিবা মী পুম্নমক
হায়বা য়াখল থগ্নখি।
সমুদ্রনা তৌবগুম
তাখি তারোয়না তৌরমদে ॥ ৮ ॥

পথেং থেংবস্তু নত্তনা
ময়ায় ওইনা লৈদ্রনা
মরু ফংনা নিংথৌশিংবু
মরু লৈকহনবিরম্মি ॥ ৯ ॥

মচানিপা অজবু
মরা তারে খওলগা
মাঙবনা মহোৌশা ওইরবা
বিধয়শিংবু পায়মদে ॥ ১০ ॥

অহল ওইরবা মতমদা
রাজ্য লক্ষ্মী শিন্নরগা
যতি ধর্ম্ম লৌখিব ওাক্তি ॥ ১১ ॥

হায়দ্রনা শেম শাল্লিবা
মচানিপা অজনা
মকোক্তা মখোঙ শোক্তুনা
থাদোকপি'স্থ নচাবু ॥ ১২ ॥

মমীংতা মপী তাল্লিবা
লিনগী মকুওয়বা
অমুক হন্না লৌখিদে ॥ ১৩ ॥

চঞ্চলবা রঘুনা কোম্নুংগী
মমৌ মুপীগুম্ববী
সেবা তৌজখি মহাক্কো ॥ ১৪ ॥

অজনা নিংথৌ ওইরিবা
থানা তাগদৌরবা
অভিয়াপা য়ায়খি ॥ ১৫ ॥

সন্ন্যাসগী খুদম পল্লবা
রঘু অজ অনীমকপু
অরান খুবম্ পীনবা,
ধর্ম্ম অনিনা ময়াঙসেমদা

নিংথৌগী খুদম পুরিবা
লৈপাক প্রজা খিবিক্লা
মুওঙাই য়াইফ পীনবা
অবতার তৌরবগুম উরম্মি ॥ ১৬ ॥

অজিত পদ ফংনবা
তিন্নরম্মি অজনা,
অচুম্ব ঙাংবা মীশিংগা

মন্ত্রীশিং নীতি খঙলবগা
লেংদবা খুবম ফংনবা
তিন্নরম্মি রঘুনা ॥ ১৭ ॥

অজ মহারাজনা
প্রজাশিংগী মমুংদা
বিচার পতিগী কন্দমদা
অহল ওইরমা রঘুনা
অভ্যাস তৌবা য়ানবা

পাথং ওইন ওইনমক
অচুম্ব অরানব খঙনবা
ফমতুদা বিচার তৌরম্মি।
পূক্লীং লেপ্পনবগী
চীক্লা কুশাসনদা ফম্লম্মি ॥ ১৮ ॥

*প্রভু শক্তি সম্পংনা
অজনা লোইবু চল্লম্মি,
থরাম মঙাবু রঘুনা

থংনবা লৈবাক্কী নিংথৌবু
সমাধি অভ্যাস তৌজ্লনা
মাগী মথুক্তা থম্লম্মি ॥ ১৯ ॥

অনৌব নিংথৌ অজনা
মহৈবু উং ওইহনখি,
তাইবং মালং উপানগী
চাক্কুনা উং ওইহনবা

য়েক্লবশিংগী থৌরাঙ্গী
জ্ঞানগী মৈনা রঘুনা
মক্ক ওইবা মথৌবু
চেৎকশিন্নমক হোৎনখি ॥ ২০ ॥

সন্ধিনচিংব তরুকপু
শীজিন্নখি অজনা
মান্ননা থল্লবা রঘুনা
বিকারবু পোকহন্দনা

কান্নগদবা য়েংঙ্লনা
সনা অমম্বুং লৈতুম্
সত্ত্বনচিংব গুণশিংবু
লায়না জয় তৌজখি ॥ ২১ ॥

হৌখিবা থবক্তা হন্দবা
মহৈ ফংদ্রিমখৈদি
পূক্লীং লেংদবা রঘুম্
যোগধর্ম্ম'তুদগী

অজনা তৌখিবা থবকপু
থাদোকখিদে কদৌউঙ।
পরমাত্ম দর্শন ওইদ্রিমখৈ
পোখাবা কোদা লৈখিদে ॥ ২২ ॥

---

প্রভু* শক্তি সম্পংনা=লনগৈ, চৈরাককী মহিমানা।

সিদ্ধি ফংলবা মতুংদা — সমদৃষ্টি ওইরবা
রঘুনা অজগী য়েংছনা — চহী কুমজা করামুক
লেপ্লরবা মতুংদা — যোগসমাধি মক্তনা
মায়াগী মাংমদা লৈরিবা — অমাঙ্ অতা লৈত্রবা
পরমাত্মা কৌববু — ফংজখি সংসার থাদোকখি ॥ ২৩ ॥

স্তুতিগী হোমবু তৌরিবা — রঘুগী মচা অজনা
মপা লৈত্রে তারগা — মতম কুইনা কপ্লগা
অগ্নি সংসার য়াওদনা — অশিবগী মথৌবু
সন্ন্যাসীশিংগা লোয়ননা — পাঙ্থোকখি মপাগী ॥ ২৪ ॥

মশা মশাগী কান্নবা — মথৌদাংবু ককথ্রবা
য়েক্লবা অমসুং ইন্দ্রিয়দা — চোৎকশিন্নদি লৈরিবা
অজ অমসুং রঘুনা — চাওখৎপা অমসুং সোক্ষগী
মশক ওইবা সিদ্ধিগী — মথল অনীবু ফংলম্মি ॥ ২৫ ॥

পিতৃ শ্রাদ্ধগী বিধিবু — নীংথিনা খঙলবা অজনা
পিতৃভক্তিমক্তনা — পিতৃশ্রাদ্ধবু শোপ্পখি।
যোগমার্গনা শিখিবা — মীশক হায়বসিমক্তবু
মচানা পিবা পিণ্ডবু — পাম্বনত্রে করিস্থ ॥ ২৬ ॥

অরান খুবম ফঙথ্রবা — মপাগী রাবা হৌনদে
হায়না পণ্ডিতশিংহনা — তাকপিথ্রবা অজনা
পুক্নীং মুওডাইতবা কোক্ক্না — লৌকংদা লীরি চল্লনা
মালেম পৃথ্বী অসিবু — ময়াথং মথা পোলহনখি ॥ ২৭ ॥

মালেম লৈমা অমদি — ইন্দুমতী কৌবীনা
পাঙ্গল থৌনা অথোইবা — মাবু মপু ওইনা ফংজরে।
অথোই অথোইবা পোংশকপু — অহানবীনা পোকচথ্রে
অতোপ্পী অমনা অকনবা — মচানিপাবু পোকচখি ॥ ২৮ ॥

মশেক মঙাল লিশিংবু — পুরিবা নুমিৎকৌগুম্বা
মঙালনা মাগী ওইরিবা, — মাগী ফজ মীংচৎনা
মায়কৈ তরাদ্বা শিল্লিবা — দশরথ কৌরবা
মকোক তয়া পানবগী — য়েক্লবগী অপোকপনি হায়রিবা ॥ ২৯ ॥

মেদ তম্বা যাগ তৌবা
ঋষি লাই পিতৃগী
পরিধিদগী থোক্লবা

অতোপ্পগী কানূননবদি
মাগী মণ্ডপ'তুনম্থ
থুদোং থীরবশিংদ্রগী
মহৈশিংস্থ মহাক্কী

প্রজাবু য়েংথবি থিবিবা
অজনা করিগুমদা
নগরগী উপবন অমদা,
শচীগ লোয়নবা ইন্দ্রনা

মতুঙ অত্তুদা খা থংবা
গোকর্ণ কৌবা মফমদা
বীণা কোত্নুনা শৈশক্কে
নোংমদোনগী লখীদা

স্বর্গগী লৈরাংনা লেংলবা
হাপ্লিবা পরেংবু অকনবা
পামজত্নুনবু তৌবরা

লৈরাং লৈইন্নরকপা
বীণা অত্তু নারদগী
কজলনা মুশিল মুরবা
স্বর্গগী লৈরাং পরেংনা
ঋতুগী ওইনা লাকচবা
হেঞ্জখিরম্মি, অত্তুদৈ
স্তন অনিগী মত্তোন্দা

কজব স্তন অনীগী
লৈরিবী পরেংবু
মশা শেজবা ওমজবী
য়াহনা থাবু উমথ্রগা

মচা পোকপ অসিনা
নন্দন কোকথ্রু অজনা।
সূর্যগুম্না ডাল্লমী ॥ ৩০ ॥

নত্তে মাগী মরলত্তনা
মীগী কানূননবনি।
অকিব কোক্লবা পাঙলনি
পণ্ডিত সংকার তৌলবনি ॥ ৩১ ॥

অকব মচা কংলবা
দেবী ইন্দুমতীগা
নন্দন কৌবা কাননদা
শানূনবগুম শানূনখি ॥ ৩২ ॥

সমুদ্রগী তোর্বান্দা
লৈরিবা শিবগী মফমদা
পেলহজগে হায়জুনা
নারদ ঋষি চংলমী ॥ ৩৩ ॥

নারদগী বীণা মত্তোন্দা
মুংশিংনা মহাক্কী মনথু
হুমজুনা পুথরে অত্তুগৈ ॥ ৩৪ ॥

থোইমুনা শীনবা খুললবা
মালংবনা মৈবদা
পিরাং তাবগুম উরম্মি ॥ ৩৫ ॥

থোইদোকপা লৈহি মনম্মা
উরীশিংগী সম্পংপু
ইন্দুমতীগী চাউরবা
লেঙদনদি লৈজখি ॥ ৩৭ ॥

মতম খরদংগী অবীগুম
হাইক্লেঙদি উবদা
ইন্দুমতী কৌবীনা
থাবনগুম্না মমশিন্নখি ॥ [illegible] ॥

ইন্দ্রিয় লৈত্রবা মশানা
মহাক্না মবুঙ্ঙোবুস্থ
তারকপা থাউগী বিন্দুগা
লৈমায়থক্তা তাবদি

লৈমায় তন্না তুম্নবী
তুহঙ্গরম্মি লৈমায়দা।
লোয়নননা থাউমৈ মৈরিনা
মথোকপনিকো তাইবংদা ॥ ৩৮ ॥

অনীগী মনার্ক্তা লৈরিবা
অবা খোঞ্জেলনা কিরবা
রাখিম্নবগুম মথোয়না

পরিজনশিংগী হোরবা
পুখি্রদা তারিবা উচেক্না
খোংলম্মিদো উপবনদা ॥ ৩৯ ॥

মাঙলুরবা জ্ঞান অজগী
অমুক হন্না লাক্লম্মি,
লৈরগা পুন্সিগী মখাক্না

হুম্মাই থোগয়চিংবনা
ইন্দুমতীগীদি লাক্লমদে।
কান্নজবনি লায়েংবা ॥ ৪০ ॥

জ্ঞান য়াওদনা লৈরিবী
বীণাগুম্না লৈরিবী
পমথংলগা মথুং অনীনা

চার হাগুবা য়াত্রবী
ইন্দুমতীবু অজনা
মতম্বাক্তা থম্নম্মি ॥ ৪১॥

মপুরোইব অজনা
ইন্দ্রিয়শিংনা মাঙ্খিবনা
ইন্দুমতীগা মান্ননা
অরাগুব মৃগ রেখাবু

মতম্পাক্তা লৈরিবী
হকচাংগী কুচু হোংখ্রবী
অয়ুক অঙনবা মতমদা
পুরিবা থাগুম উরম্মি ॥ ৪২ ॥

মহৌশাগী অতপ্পা
হীক্না হীক্না তেংথাখি,
ঈপেৎ পেথোক্লকপদা

মতৌবু থাহনা অজনা
মৈ ঈক্লগা য়োক্তস্থ
থবায় পানবদদি করিনো? ॥ ৪৩ ॥

লৈরাংমক্লস্থ হকচাংগা
মাঙহনববু ঙম্নবদি
অতোম্না পোংশক করম্বা

থেংনবদা পুন্সিবু
হাংকে নীংলিবা বিধিগী
খুংলাই নত্ত্রবা য়াওগনি ॥ ৪৪ ॥

কাল কৌবা লাইহুনা
অথোংপা পোংশকমক্তনা
উন্‌না থম্বালবু মাঙহল্লি

অথোং অমেও পোংশকপু
হাংকে থৌরাংখলিবনি।
মসিনা অহানবা খুদম্নি ॥ ৪৫ ॥

মীওইবগী থবায়বু
লোবা ওবা থোক্লবদি
লোদে করিগী ঈথবায়
অমৃত ওই হুনসু

ঐগী লাইবক্লা থীবনা
বিধি কোবা লাইহুনা
বজ্র অসিনা উপালবু
উপাল তাওহনা হিংজবী

কয়ারক হন্না লানথিবা
থোওইদবদি তৌথিদে,
লাজদবা ঐহাকপু

মীনোক ফজবী ইবেম্মা।
লোনম্বনি হায়না ঐবু
তাক্লমদনা ঐহাকপু

কান্নদ্রবা ঐগী ইপুন্সি!
নথত্তা করিগী হল্লকলি?
অবাবা শক্লক কয়াবু
সুরত ক্রীড়াগী মতমদা
নমায়দা পক্লি হৌজিকসু
থবায় পানবগী লেপ্তবা
য়ানিংদবদি নহাক্কী
অতগা নত্তনা করিগী
পৃথিবী মপুন্নি হায়বসি
ঐগী প্রেমদি অশেংবা
লৈরাং লৈচল কয়ানা
মুশিন মুশিন মুরবা
শম্লাংবু হবা মুংশিংনা
অমুক হল্লকদবা হায়ববু

লৈরাং পরেং অসিনা
থগ্মোয়দা থম্লে ঐহাক্লা
থওলে ঈশ্বরগী ইচ্ছানা
হু ওই অমৃতনসু ॥ ৪৬ ॥

লৈরাংপরেং অসিবু
বজ্র ওইনা শেম্লে।
তুলহল্লমগেদি হায়দহনা
উরীবু মাওহল্লদ্রে‌দো ॥ ৪৭ ॥

ঐগোন্দা কদৌওেদসু নহাক্লা
অতগা মতম অসিদা
ওাওনবা য়াবনি থজ্রবা? ॥ ৪৮ ॥

মুংশিদনা মুংশি শাবা
থনথ্রমাল্লে নহাক্লা।
চংথেত্র মপোক'সিমগী ॥ ৪৯ ॥

চান্নবীগী মতুং ইল্লুরে,
নশানা শেমজবা নরালগী
ওয়মথে থাওজোকো ॥ ৫০ ॥

পোকপা হুমাং মরীক্লা
নওনা নশা মাওথরে।
পুন্সি অসি তোল্লিদা ॥ ৫১ ॥

পুক্লীংনসু থনথিদে
ঐবু থাদোক্লম্বিবা?
রাগী মথৈদা হায়বনি
নওোন্দনি থওওকো ॥ ৫২ ॥
নীংথিজনা শেমথ্রবা
থোইতক থোইতক তারবা
থুবোম মত্তা নীংথিবী!
চিংনহল্লিয়ে ঐহাকপু ॥ ৫৩ ॥

শম্লাং ফেরে হায়রিবা  য়াবা খোঞ্জেল্দি থোক্ত্রবা
মুংশিবী নংগী চেংলোনা  অহীংগী মতমদা উমশিলবা
মাগী মমুংদা খোইমুনা  খোন্নাইদনা থুম্লিবা,
তোমখিন শাংপ খবালগুম  য়েংবদা ঐবু চাকহল্লি ॥ ৫৪ ॥

মরম অত্রনা চাম্লবী  ঐগী অয়াববু থীন্দনা
মণ্ডাল পুবী উর্মীনা  হিমালয়গী গুহাদা
অমম্বু মাঙহনবগুম  মাঙহল্লু পাময় লৌশিং কংহ্না ॥ ৫৫ ॥

অহীংনা কংজৈ থাজবু  অমুকস্মু, পুংবা চংলিবা
চক্রবাকবু চক্রবাকীনা  অমুকস্মু হয়া মথেংনজৈ।
চক্রচক্রবাক অনীনা  কায়ন মথৈ থাঙজল্লি
মপোক অসিমগী চংখ্রবী  নঙনা ঐবু চাকলেকো ॥ ৫৬ ॥

মেঙলবা নঙগী নশা'সে  অনোবা উনা মথক্তা
থম্বদমকপু য়াগনি,  কৈরুতাবু নীংথিবী!
*করম্মা চিতা মথক্তা  নৈরুববু ঙমগনি? ॥ ৫৭ ॥

অথুপ্পা মতমগী নতারোয়  মেখলানা হৌজিক্তি
হাই হম্মবগী য়াবনা  মবা মখোল থোকখিদ্রে।
মীকপ থোক্লোইদনা তুমখ্রবী  নহাক্কদি লোয়ননা
অয়াবনা অমং য়াইথোং  কুমখ্রবনি থঙলেদো ॥ ৫৮ ॥

অতোপ্পনা নাওকোনবী  চেক্লা অমোমগী মফমদা
মুংশিরবা খোঞ্জেলবু  থোম্নংসি কাঙগা অমোমদা
নঙগী অতপ্প খোঙচংপু  শজি অমোমগী মফমদা
হুথক তথকপা মীংয়েংবু  মুংশিংনা হম্নবা উরীদা
কেজ মৌজবা মতোবু  কোয়ৌ নোংমদোন চংলমদাই
অত্থদা ঐগী অয়াবা  থাঙনবনি হায়ত্রনা
নহাক্লা থম্লবা গুণশিংসে  নঙগা কায়নবা মতমদা
য়ারবা ঐগী পুক্লীংবু  কাবহ্রদি ঙমজদে ॥ ৫৯ ॥

হৈনৌ পাম্বী অসিনা  প্রিয়ম্মু কোবী উরীগা
অনীমকপু নহাক্লা  য়ুম্বাম্নহনগে থনখিবদাই।
লুহোংবিয়মদনা অনীবু  চংখিবদি চুম্মা? ॥ ৬০ ॥

চিতা—পোংলোইমবগীদমক শেম্বা শীং।

নহাক্না খোঙপাক্না ক্যাওরম্বা
নশমগী লৈত্তেং ওইল্লিবা
করম্না নঙগী নশাদা
অশোকনা লৈশাংলগনি,
অশোক বৃক্ষগী লৈরাংবু
পীনবা লৈরাংদা-হ্নাপশিগে ? ॥ ৬১ ॥

অতোপ্পা কনাগুম্বনা
ঝন্ ঝন্ লাউবা নূপুর
থৌজানবু নীংশিংজবগা
মাঙদা লৈরিবা অশোকনা
কংজবদা য়ারবা
থাংলিবা নখোঙ অক্তগী
লৈরাং পিরাং শিল্লরিবা
নীঙওমদরি শকহেনবী। । ৬২ ॥

নঙগী হোন্দোকুলকপা য়্বরগা
বকুল লৈরাং শিবিক্লা
তআই চন্না শেল্লবা
হন্দোথলল্লগা করিগী
মান্ননা মনম মুংশিবা
ঐগা লোয়ননা নহাক্লা
বিলাস মেখলাবু লমথাঙদা
হৃমথুন হল্লি খোনকবী ? ৬৩ ॥

নহাক্কী অবা মুঙডাইদা
নীনিপানবগী থাজগুম্বা
নঙগী প্রেম কায়ল্লিবা
ঐখোয় থিবিকপু হন্দোকপা
শরুক রাজবী নতাশিং,
ঙপারি অসিসু মরৈরি।
ঐহাকমকসু মহিংলি,
নপূকচেল অদু কনমল্লি ॥ ৬৪ ॥

ঐগী তপথবা লৈথিল্লে
লৈতরে লৈতেংগী কান্নবা
খ্নাতুনা মুঙডাইবা লৈতরে
রতি ক্রীড়া মাঙখরে।
হাঙলে ঐগী শয্যাসু
ঙৈশে নোংমাই লেপখরে ॥ ৬৫ ॥

গৃহিণী মন্ত্রী অরোনবা
পূক্নীং হুবা কলাবিদ্যা
শিক্ষাগী মশক ওইরিবী
থোজাল লৈতবা মহাক্না
মতমগী মরূপ ওইরিবী
প্রয়োগকী মতমদা অচানবা
নঙবু বিধিনা লৌখ্রবদা (মুনখ্রবদা)
ঐগী করি লৌখিদবা (মুনখিদবা)
লৈরি ॥ ৬৬ ॥

নমিংনা মীগী পূক্নীংবু
ঐগী থকথাক ওইরবা
মদিরাবু থক্লগা
লাইরম লেন্দা কংগম্ববা
ঙাউহল্লিবী ইবেম্মা!
থোইদোক্লদি হাউরবা
পিরাংন মশা শীল্লবা
জলাঞ্জলিবু থক্লনি করম্ ? ॥ ৬৭ ॥

অরাং অপা লৈতনমক
মুঙঙাইব শরুক্তি অসিদা
মিহৌ পোংশক খিবিক্না
ঐগী মুঙঙাই হরাওবা

নঙগা কায়নব ঐহাক্কী
লোয়রো হায়না লৌরোকো।
পুক্নীং চোইব লৈত্রবা
নঙগী নখা পোনবনি ॥ ৬৮॥

কোশল লৈপাক্কী মবুঙঙো
কৌহুনা মথবায় শোক্লবা
মহুনা পাল্লেলবুসু কপহনখি

অজনা ইন্দুমতীবু
মীকপ খোম্না কপ্লকপা
মখোম পিয়াংবু শিহনা ॥ ৬৯ ॥

মতুঙদা ননাই মশলনা
উচিন্না লৌথোকচরগা
লৈরাং পরেংনা লৈতেংবী
অগুরু চন্দননা শীংওইবা

মাগী মতম্পাক্তগী
নোংমদোল্লগী তারকপা।
নীংথিজবী মহাকপু
খাব্বী মৈদা কৎশিনখ্রে ॥ ৭০ ॥

অজ কৌবা নিংথৌনা
চাল্লবীগা লোয়নবা
মশাবু মৈদা কংলমদে

খঙন খঙনমক য়াবনা
শিখি হায়ননি কিবনা
হিংনিংহুনা নংলমদে ॥৭১॥

শাস্ত্র খঙব অজনা
লোয়নবী মাগীদমক্তা
লেল্লব মতুংদা তৌগদবা
কোন্নুংগী উপবন মন্নুঙদা

মগুণ ঙাক্ত লেমহৌবী
মুমিংশিংবুম তরানি
চাউরবা থবক পুন্নমক
মপুং ফানা পাংঙথোকখি ॥ ৭২ ॥

অহিংগা কায়নহৌরবা
তালোয় মাদি য়াওদনা
কোন্নুংগী মুপীগী মমিংতা
মাগী অবাব ঈফুংপু

থাজগুম্লবা য়েংবদা
অজ মক্লা কোন্নুংদা
তারিবা পিগী মশাদা
য়েংনা য়েংনা চঙলম্মি ॥ ৭৩ ॥

মতুংদা যজ্ঞগীদমক
আশ্রমদদি লৈহুনা
অবাবনা শুমহংখ্রে
শিষ্য থাহুনা নঙোন্দা

দীক্ষা তৌরবা গুরুনা
ধ্যান তৌবদা অজবু
হায়বসি লায়না খঙখরে।
মখাগী মরোল'সি খঙহনখি ॥ ৭৪ ॥

মহারাজগী অয়াবগী মরমবু    খওনা খওনা মুনিনা
মক্তগী মতোন লোমগ্রিবনা    মহৌশাগী স্বভাব হোৎলখা
নওবু ফিবম তাহনগে    হায়বগীদমক লেংলক্কে ॥ ৭৫ ॥

লমচৎ নাইবা ঈনিংথৌ !    ঐগোন্দা গুরুদেবনা
পাউতাক য়াহৈ অতেনবা    তাকপিরকই, ভাবিসি
নতীক চাউবা ঈবুঙো !    মুন্না পূক্নীংদা হাপ্লিয় ॥ ৭৬ ॥

মরোল অহল্লক অসিদা    থোকখ্রব, থোক্লিবা অমম্বুং
থোক্লগদবা পুন্নমকপু    ঐথোয়গী গুরু মুনিনা
জ্ঞানগী মশক ওইরবা    মীংনা লৌয়না উবিরি ॥ ৩৮ ॥

অম্লৈদা অকনবা    তপস্যাবু তৌরিবা
তৃণবিন্দু ঋষিবু    কিরদুনা ইন্দ্রনা
সমাধি ভঙ্গ তৌনবা    থাখি হরিণী অপ্সরা ॥ ৭৯ ॥

শান্তিগী চাংজোদা সমুদ্রগী    ঈথক্ক পাওখক ওইরিবা
তপস্যাগী অপনবা পীবদা    থোকখিবা অপনব মক্তনা
মর্ত্ত্য লোকতা মীওইনা    পোক্লুরো চৈথি মুনিনা ॥ ৮০ ॥

ভগবন্ ! ননাই ঐহাক্তি    মীথা পোনবীনি খওবিয়ু
ঈরান্ পুন্নমক ঙাকপিয়ু    অসি হায়না হায়জবদা
লাইগী লৈরাং উবনা    শাপান্ত ওইয়ু তাকপিখি ॥ ৮১ ॥

ক্রথ কৈশিক বংশদ    পোক্লগা মানা নহাক্কী
মহারাণী ওইরগা    শাপ কোক্লনবগী
মরম ওইব স্বর্গগী    লৈরাং পরেং অসিবু
থেংনরুবত্নদগী    অমং য়াইথোঙ কুম্বনি ॥ ৮২ ॥

মহাক মাওথ্রে, হায়বগী    য়াখল অম্ভ কায়দে
পোকপু পোক্লবদি শোয়দনা    শিরগদবা ঙাক্তনি।
মালেম পৃথিবী'সি ঙাক্লমহো    নিংথৌগী য়াণীদি পৃথীনি ॥ ৮৩।

নপান করিগে মতমদা
মীগী মীপাউখোন কত্তবা
আত্‌মা মশক তাকপিবা
হৌজিক পুক্নীংগী অরাবা
অচুম্বা শাস্ত্রবু

থোয়খৎ্রে রাখ্রে হায়চুনা
ঙাংনহন্দবা নহাক্না
শাস্ত্রবু খঙলে কোংদোকখি,
থোক্লরবা মতমদা
অতপ্পা পুক্নীংনা খঙহন্নু ॥ ৮৪ ॥

ফম্না কপতুনমু নহাক্না
মতুং ইন্দুনা শিরবসু
লাইরমলেন্দা য়োৎ্রবা
মাগী মাগী কর্মগী

কংলরোইকো মহাক্কো
থেংনরোইদো মহাক্কো।
জীবশিংগী লম্বীদি
মতুং ইন্না তোঙঙাই ॥ ৮৫ ॥

পুক্নী অরাব য়াওদনা
মচা মগুনচিংবগী
শিগ্রব জীববু য়াহল্লি

পিণ্ডোদকপিচুনমু
তত্তনা শিন্নবা পিরাংনা
হায়রি মমুনচিংবনা ॥ ৮৬ ॥

পোক্লব জীবনা শিবদি
হিংবনা নত্তে মহৌশা,
মীকুপ অমত্তং চুপ্পবু

খঙঙু মহৌশাগীনি,
মথৌয় পানব জীবনা
হিংবনা য়াম্না তোংবনি ॥৮৭ ॥

শেরান্ য়াখল চেল্লবা
থম্মোয়দা য়ৃংলবা তাংশোললনি
য়াখল লৈবাশংনদি
শংলবনি তাশোলচু

মীশক্না নুংশিবশিংন মাঙখিববু
হায়চুনবু থম্নরি।
লান্নবগী উপায় ওইবনা
হায়নবুদি হায়নরি ॥ ৮৮ ॥

মাগী হকচাংগা আত্মাগা
কপি গুন্নধমু কায়নবান
মতু মচা মক্ক মপাং
অখণ্ড অহৈব মীশক্না

অনীসে পূন্না লৈবনি
হায়রবদি শ্রুতিনা
মথোয়সিগা কায়নবনা
হায়য়ু করিগী য়াগনি? ॥৮৯ ॥

অচম্বা মীওম নহাক্না
মুংশিংনা শিংলক্লবদা
মান্ননমক লেংলবদি

অরাবগী মথা পোল্লবদি
উগা চীঙ্গা অনীনা
অনীগা থেন্নবা করিনো? ॥ ৯০ ॥

পুকচেল চাওরবা শিক্ষা দাতা
শিষ্যগী মচীন্না হায়রকপা

বশিষ্ঠ গুরুগী ময়াথং
অজনা চুম্নি য়ারগা

মুনি অহুবু থাখয়ে, অয়াবনা থল্লবা অজগী
থম্মোয় মুংদা লৈকবু ফংদহুনা গুরুগী
মরাহৈ অহু মহাক্কী মনাক্তা হনখিবগী মতানি ॥ ৯১ ॥

মুংশিবদা অচুম্বদা মঙাংবা অজ কৌবা মহাক্না
মচানা অঙাং ওইবদগী ইন্দুমতীগা মান্নবা
অতৈ পোংশক অমদি অয়েকপা মূর্ত্তিবু মহাক্কী
য়েংহুনা মওদা প্রিয়াগা থেংনবগী মুঙঙাইবনা
চহী কুমজা নিপালদং উচিন্নদি লেপ্লম্মি ॥ ৯২ ॥

লোয়রং থোংনাং কৌবনা ফুরা দলাল থিনগায়বগুম
অয়াবগী শহুনা অজগী থম্মোয়বুদি থিনগায়খি।
লাইয়েংবদা ওস্নরোইদবা শিনবগী ময়ম ওইরিবা
অযাবগী তাশোল অহুবু চান্নবীগী মতুং ইনবদা
ঙাইঙমদবমক্কনা অকব মতেংনি খনখয়ে ॥ ৯৩ ॥

অঙাং ওইরিবা মপারি মক্ক লুকপদা অজনা
শাস্ত্রগী রথাপ কায়দনা প্রজা ঙাক্লবা শিন্নখি।
অনাবনা মনীং তৌরবা মশাগী অয়াবা থানিংলে
চাদনা শিবা তানখ্রগে হায়বা রাখল তৌখয়ে ॥ ৯৪ ॥

জাহ্নবী সরযূ অনীগী ঈতিন্নফম তীর্থদা
শিদোকখিবনা অজনা লাইগী লাইরক চনবনা
হান্নদগীদি হেল্লবা মঙালবুদি পুরিবী
গৃহিণীগা লোয়ননা মহাক্কী ইন্দ্রগী নন্দন কাননগী
মম্মুংদা লৈবা শানক্রম খুদিংদবু শাননখি ॥ ৯৫ ॥

# ৯ম সর্গ

সমাধিনা ইন্দ্রিয় লাক্লবা
মকোক থোংব মহারথ
মতুঙদা অযোধ্যা লৈবাক্কী
সংযমী নিংথৌ খিবিকী
দশরথনা অজগী
লোন্নবা লৈবাকপু ঙাকৃলম্মি ॥ ১ ॥

মাগী মখুত্তা তারবা
অকোয়ব লৈবাক কয়াবু
ঙাকপনা মরম ওইদুনা
দশরথ মহাক্কী
অযোধ্যা নগর অমম্বুং
শাস্ত্রগী পথাপ কায়দনা
কার্ত্তিকেয়গুম পাক্লনবা
মগুণদি অমুকস্সু হেনগংখি ॥ ২ ॥

মনুবংশদা পোক্লিবা
বলবু ঙম্বা ইন্দ্রবু
লনবু ঊশিংবু পীবনা
অনোম্মলবু পীনবনি
দশরথ মহাকপু
মতিক চাবা মতমদা
মথৌ গুরিব মীশিংগী
হায়নরি পণ্ডিত খিবিক্কা ॥ ৩ ॥

শান্তিগী পুকচেল চেল্লিবা
দশরথ কোবনা
লৈবাক অচুদা লায়নানা
য়েক্ক তিম্মংশিংদগী
লাই তেজ পুরিবা
নিংথৌ ওইখ্রবদা
চঙব ঙমখিদ্রবদ
খায়থিবদি কৈদগী ॥ ৪ ॥

মায়কৈ তরাবু জয় তৌবা
পৃথিবীনা কয়া ফজখি,
মপাননা কয়া'মা নীংগিখি
অনন্তগুম্বা মথৌনাদা
ফংজরবা অচুদা
রঘুগীদি মপালনা
অচুগী মতুংদা অজগী
মতুংদা মথৌনা য়াম্রবা
দশরথবু মপু ওইনদি
ফজখিদবা অত্তে অমুকস্সু ॥ ৫ ॥

ঐগী মীগী নাইদবা,
ফত্তববু লাক্লবা
যমকুবেরু বরুণগী
লনগী নোংবু হৈথবা,
দশরথ মহাক্কা
মাতৌগুম থবক তৌরম্মি ॥ ৬ ॥

চাওখৎপা ফজে তান্নিবা
মৃগয়াবু পান্নমদে
থাজ মমি তারিবা
নোনা মংথোক কাম্নকপী
দশরথকী পূক্কীংনা
চোবোম্নদা চঙলমদে।
মধুনা চীংখনা ওন্নমদে।
মুপীনা হুবা ওন্নমদে ॥ ৭ ॥

নিংথৌ ওইরিবৈদা মহাক্না
নোঙ্ক মাঙাং ঙাংলমদে,
চঙহন্নমদে ফাগিদা,
মেক্ক মীশকশিংদসু
ইন্দ্রগী মফম মক্কসু
নত্ত ওইদব মাহৈদি
শাউগন্দবা মহাক্না
অথা অয়াক ঙাংলমদে ॥ ৮ ॥

নিংথৌশিংনা অয়াম্বা
হেনগৎপবু মাঙববু
ময়াথৎবু ঙাকলিবা
মক্কপ মপাং ওইরম্মি,
থম্মোয় অত্ত মহাক্কী
দশরথ মাঙৈম্দে
ফংলম্মিদো অচ্চৈঙ
নিংথৌশিংগী মহাক্না
শীংনরিবশিংদাদি
য়োংমক্কম কল্লম্মি ॥ ৯ ॥

লীক্কং লীরি চল্লবা
সমুদ্রনদি কোয়রিবী
ওন্নম্মি, শামু শগোল
তেঙ্গাল অত্তুনা মহাক্কী
দশরথ মহাক্না
পৃথিবীবু দোলাই অমনা
অয়াঙব খিবিক য়াওরিবা
জয় ঘোষণাবু তৌরম্মি ॥ ১০ ॥

বরুথনা তিল্লবা
পৃথিবী জয়বু তৌরিবা
মঢাক মরল লৈরিবা
বিজয়গী দুন্দুভিবু
সমুদ্রশিং অত্তুনা
দোলাই অমথক্তনা
কুবেরগী মতৌগুম
লাক্ক পায়বা দশরথকী
মংখালনা নোঙংখালগুম্নবা
থীনখিবগী মতৌনি ॥ ১১ ॥

মতোন চাম লোওঙবা
ইন্দ্রদেবনা চীংশিংগী
অনৌবা থম্বালগুম্ন নীংথিবা
দশরথ নিংথৌনা
হৌরবা লীক্কং মক্কনা
বজ্র কোবা খুংলাইনা
মশাবুদি ককথংলি।
মায়থোংন মাগী ওইরিবা
তেন্দগী নোংবু হৈথবা
যেক্কব তেঙ্গাল মাঙহন্নি ॥ ১২ ॥

নিংথৌ চাম্বা চাম্বনা
দশরথ মহারাজবু
খুরুম্বগুম খুরুমখি
মঙাল অহু, নহাক্কী
থেংনবহুন্দ। অমুকন্থু
মথোৌনাদা রুপ্পবা
লাইয়ামশিংনা ইন্দ্রবু
নুংগু খাৎ রম্বগী
চরণগী নখকান্তিগা
হান্নদগী চাউখংখি ॥ ১৩ ॥

মথোয়গী মচা অঙাংশিং
মপুরোইবা হাংখিবনা
মন্ত্রীনা মখুং লোম্নহল্লিবা
কেশ সংস্কার তৌজবী ( মশম মনা
হাপ্রবী )

য়েক্লবগী মুপী খিবিকপু
মহা সমুদ্রগী তোর্বানৈ
অযোধ্যা নগরী পাওখরে
নীংথিনা চানবিরম্লগা
অলকাদগী বাত্রবী
দশরথ নিংথৌনা ॥ ১৪ ॥

মহাক নত্তবা কনাগুম্বা
শেকপিল খানবা লৈতবা
তেজ কান্তি পুরিবা
রাজ চক্রবর্তী ওইরবস্থু
অকায়ব লক্ষী ফংবদা
য়াম্না কন্না চোকশিনখি
নিংথৌ অমনা অঙৌবা
শ্রগ্নিচন্দ্র অনীগী গুম্বা
দশরথ মহাক্না
লক্ষ্মী কোবীবু মহাক্না
চংখিগদবনি খল্লুনা
অকায় লক্ষী কয়াদৈ ॥ ১৫ ॥

মথুক্তা থম্বাল পায়রিবী
ককুৎস্থকুলদা পোক্লবা
মহাকপু অমদি বিষ্ণুবু
নিংথৌ কনা অমবু
পতিব্রতা লক্ষ্মীনা
অতিথিদা মমায় ওনশিনবা
থাদোক্লগা অতোপ্পা
সেবা তৌখিবা লৈবগে ? ॥ ১৬ ॥

মগধ কোশল কেকয়
সতী ওইবী মচানুপী
তেননা য়েক্লবা হাংলিবা
তুরেলশিংনা সমুদ্রবু
অহুগী মতৌগুমহুনা
লৈপাক্কী নিংথৌশিংদুগী
ইবেম্মশিং অহুনা
দশরথ মহারাজবু
মপুরোইব ওইনা ফংজবা
মপুরোইবা ওইনা ফংজখি ॥ ১৭ ॥

য়েক্ক কল্লক হাংপগী
নহাক্না চান্নথোইরবী
উপায়থিবা হৈরবা
অহুম্মক লেপ্পনবা

লৈপাক প্রজা খিবিকপু
*শক্তি অহুমগা লোয়ননা
দশরথ মহারাজনা
মতেং পীরগা তেন্‌শিংনা
সুরবধূশিংদা রাংলবা
অশ্ব মেধ যজ্ঞ খিবিক্তা
মপাম্বোমগী পাঙ্গলনা
লনবু থুম্বু থোমখ্রবা
অনীমক্কী তোর্বানবু
অষ্ট মূর্ত্তি শিবনা
হৈবোং চৈগু পায়রিবা
বা লান ভাংদ্রবা
তোপ্তোপ্প সংস্কারনা তিল্লবা
লৈদ্রনা পূম্নমক্কগী
অবভৃথস্নান তৌখ্রব
লাইরক তিনবা য়ারবা
রাংলবা মাগী মকোকপু
নমুচি হিংচাবগী লৈক্কবা
একরথ ওইরবা
ইন্দ্রগী মমাঙদা লেপ্তুনা
ভুমিং মায়য়োক্নরিবা
হিংচাবশিংগী ঈতনা
যম কুবের বরুণ ইন্দ্রগী
মথৌনা থাগৎনরিবা
দশরথবু থৌগনগে
মাগী খুদম ওইরিবা
কুবেরনা শোল্লিবা মায়কৈবু
মাগী রথ চিংলিবা

মরু লুকহনগে নীংলম্মি
লৈকুমকপা ইন্দ্রগুম মীংথিখি ॥১৮॥
শাফম্ লান্‌ফমদা ইন্দ্রগী
অকি অথং কোঝখ্রবী
পাম্বোম পাঙ্গলবু শকহনখি ॥১৯॥
লুহুপ্ থাদোকখরবা
মায়কৈ খুদিংমক্কগী
মানা তমসা সরযূ
ফজহনখি সনাগী যুপনা ॥ ২০ ॥
কৃষ্ণা জিন শেংলিবা
কুশগী মেখলা থাংলিবা
শরেং মচি পাররিবা
মশাদা দশরথগী
হেন্দোক থোইদোক ভালহনখি ॥২
পূক্নীং হকচাং শেংলবা
দশরথ মহারাজনা
লাইজ ঈশিং পীবিবা
ইন্দ্রদদা লুকহনখি ॥ ২২ ॥
কল্লবা দশরথনা
থৃত্তো লীরুং পায়দুনা
লানফম উফুল খিবিক্তু
হন্না হন্না থিংলম্মি ॥২৩॥
মরোঙগুম্বা মরোঙ পুরিবা
নিংথৌ অমতা ভায়রবা
মতাগুম অনৌবা লৈরাংনা
বসন্ত ঋতু চঙলকখি ॥২৪॥
থোংশাল্লগে নিংলিবা
শগোলবু অরুণনা থৌরিবা

* প্রভুশক্তি, মন্ত্রশক্তি, উৎসাহশক্তি।

হুমিংনা উনগী মপৈবু
তরু তরুহন্নুনা
মাণ্ডহনখিবনা অমুকপু
মলয় পর্বত থাদোকখি ॥ ২৫ ॥

মপালনা হায়া শাংলগা
মকুংদা খোইমু কোকিলগী
মথং মনাও'সি কায়দনা
বনগী লমদমদা কুম্লগা
অনৌব মনা চোংলকপা
খোজেল অহু খোকুলম্মি।
উপালনা মপুঙ ওইরিবা
বসন্তনা কোংদোকখি ॥ ২৬ ॥

নীতিগী মশক ওইরবা
সজ্জনগী উপকারনা
সম্পত্তিবু দশরথগী
বসন্তনা মপুং কারবা
খোইমুশিংনা অমদি
গুণনা মপুং কারবা
মাগী মহৈ ওইরিবা
নিরিবা কাঙলুপ্পা তৌবগুম
থবাল তম্না পুখ্রিগী
কাওনচিংবনা চঙশিনখি ॥ ২৭ ॥

ঋতুগী মতুং ইন্দুনা
মপালতনা কামগী
কেথোক মৌথোকপ কাঙবুগী
মুজাগী নাকোংদা থেংলিবা
পোক্লকপা অশোক বৃক্ষগী
উদ্দীপন ওইবা নংলমদে।
পুক্নীং ইরাং হৌহনবা
অনৌবা উনাম্বু প্রইরাম্ম ॥ ২৮ ॥

উপবনগী লক্ষ্মীগী
অনৌবা পত্ররচনাগুম্বা
কুরুবকনা খোইমুগী
বসন্তনা শেন্নবা
নৈশীবু পীবদা ঁইরবা
খোজেলগী মরম ওইরম্মি ॥ ২৯ ॥

নীংথিবীশিংগী মচীনগী
মদ্য অহুগা মগুণ মান্নবা
নৈগী নৈহী পান্নবা
খোইমু পরেংশিং'হুনা
মদ্যনদি পোকখিবা
থিন্দোক্লকপা নৈরাংনা
শাংনা পরেং লেংলিবা
বকুল পাম্বিবু শিলহনখি ॥ ৩০ ॥

বসন্তগী লক্ষ্মীনা
মেন্নিংগীদি মপৈদো
ভুংওইনরবী রূপীনা
থুজিন্নদি খোংখিবা
পলাশবৃক্ষদা পীনবা
মায় কাতনা ইকায়বা
মাগী চান্নথোইবদা
মকমগুম্না নীংথিখি ॥ ৩১ ॥

য়ানা চীকথৎখরবা
থাওবদদি ম্বারবা
মেখলাবু থাদোকহল্লিবা
সুমিৎনদি ওল্লমদে
চীনবালশিংনা সুপীগী
মখোয়গী জঘন দেশদা
উনবু তক্লা মাওংনবা
থর খিত্তং শাহনবনি ॥ ৩২ ॥

অভিনয়বু নৈনগে
মলয় পর্বতকী সুংশিংনা
অপাঙ্গ অশাউব ওল্লবা
হায়বগী মতাগুম লৈরিবী
নারেংবী চূত লতানা
মীগী মপুকস্থ পেলহনখি ॥ ৩৩ ॥

সুংশিব মনম্ চেল্লবা
বনগী পরেংশিংত্তদা
চাং নাইবা খোল্লেনবু
কুংজদবা খোল্লেনগুম
লৈরাং নীংথিনা শাৎলবা
কোকিলনা হাপ্পা খোংথিবা
শক্তি অমোম থিবিক্লী
পুন্নমক্লা তানখি ॥ ৩৪ ॥

তাবদদি সুওওাইবা
মখোয়গী ঈশৈ ওইরিবী
য়াগী মওাল ওইরিবী
সুংশিংনা হুল্লবা মনানা
খোইমুশিংগী মখোলনা
লৈরাংশিংনা মেংলবা
উপবনগী উরীনা
থেক্লনা থুংকুম ফজখি ॥ ৩৫ ॥

ফজব কেজ মোজবা
মনম্না বকুল লৈরাংবু
কামগী মরূপ ওইরিবা
অনুরাগ কায়দনা
শোয়দা হৈজশিংজবা
ইরায় লায়না ওমজবা
মদ্যবু অঙ্গনা থিবিক্লা
মপুরোইবগা থকচখি ॥ ৩৬ ॥

খুথাল কোবা লৈরাংনা
ময়ায় অমনা সুংশিনা
মখোয় অত্তুদা তিল্লিবা
খোয়রুম মোমোন মীনোক্লা
হীক্লবা মখোল হোরবা
থাংজরবি সুপীগী
মখোয় অত্তুদা শাৎলিবা
খোংলবা ঈশিংগী উচেক্লা
য়ুমগী সুপী খিবিক্লা
মায়থোং নীংথিজরবী
মেখলাবু মথবাংদা
মতোওম নীংথিজরম্মি ॥ ৩৭ ॥

বসন্ত মতম ওইবনা
থোরকপনা থাজনা
হম্বরকপী নোংম নোংমগী
মায়থোং রাউথাংনরবী

অহীং হায়বী মুজ্বাদো — মপুরোইবগা জিন্নবগী
মুণ্ডাথজবী ফংত্রবী — মুজ্বাগুম রাজর্ষি ॥ ৩৮ ॥

থাজনা লৈচিন চেত্রবা — রত্তি লীলাগী অরাবা
ফোকহনবা মশেক মঙালনা — মকরনা থুদম ওইরিবা
কিরালবু হাইগৎলক্লবা — কামগী মথৌ হায়রিবি ॥ ৩৯ ॥

থীনচিংব মৈচাক্লা — মৈরী ফজনা চাকৃলবা
মৈগী প্রভাগুল্লবা — উপবন লক্ষ্মীগী
সনাগী আভরণগী — মহৎ শিল্পবা ওইরিবা
মনাস্থ লৈরিকস্থ থোংলবা — মপুরোইবনা পীনবা
লৈরাং অদুবু মনাদা — শালৌশিংনা হাপচখি ॥ ৪০ ॥

লৈরাং থিবিক্তা তোংলিবা — কজ্জল বিন্দুগুম নীংথিবা
থোইমু চিহ্ন পক্লিবা — তিলক কৌবা উপালনা
বনস্থলী অদুবু — *প্রমদাবু তিলকনা
তৌবগুম ফজহন্দবা — নংথিদে ফজহনথিবনি ॥ ৪১ ॥

উপানগী মপান করিবী — নবমল্লিকা লতানা
মধুগী গন্ধনা নল্লবা — অনৌব মনাগী মশকতি
ওইরব চিনবান্দা লৈরবা — লৈরাংগী মশক ওইরবা
মোমোন তৌবা মীনোক্লা — মুণ্ডাইহনথি খরাইগী পুক্নীংবু ॥ ৪২ ॥

মুণ্ডাই রাইফরিবা মীশিংদো — অরুণদগী হেন্না ঙাংলবা
কিজোলশিং অমদি নাকোংদা — পেংলবা যবাঙ্কুরনে
কোকিল অমোমগী থোঞ্জেলনে — কামগী সন্যাশিং অসিনা
মুখীদদা মপুক্নীং চঙলবা — মীশক হায়বদু ওইহনখি ॥ ৪৩ ॥

ভোরোক ভোবা লৈরীক্লা — মশা পূম্ব য়েল্লবা
থোইমু শমুনা তোংলিবা — তিলকবৃক্ষগী মঞ্জরীদো
শম্লাংদা থেৎপা মুক্তাগী — আভরণগা মান্ননা উরম্বি ॥ ৪৪ ॥

ক্লোইমুশিংগী মপৈনা — কামগী পতাকা ওইরিবা
বসন্ত লক্ষ্মীগী ফজবা — *চূর্ণ ওইরিব মায়থোংগী

*প্রমদা=নুপী। তিলক=লাইবক্তা থিনবা চন্দন

হুংশিং শিংপা উপবনদা
কাঞ্চংলকপা রেণুদা
অনৌবা দোলদা তোংনরিবা
মুণ্ডাইরীবি হুপীবা
কোন্নিংঙনা চান্নবগী ওকশম্
মশাগী মপাম্বোম অচুম্

লৈরাংশিংগী লৈরিক্তা
লোক্লিনা কোয়না ইন্নখি ॥ ৪৫ ॥
বসন্তগী কুইম্নো
হৈগল শিঙ্গনবী ওইত্নম্
কয়ফমগী থোৱি পারবদা
পঙথবা মতৌ ফংহনখি ॥ ৪৬ ॥

ইবেম্মা! নখোরবু
শাউবনা করি কান্নবা?
মখোক কাবা মজ্জি
কামগী বাখল অসিবু
তাকুলকপগী মতৌওম

শাউগত্নবা কৈদৌগে
হেদৌ হেরাং কাবা যাবা
লোইখুগা অমুক শাকুলরোই
কোকিল অম্মোম থিবিক্লা
হুপীশিংনা শান্নখি ॥ ৪৭ ॥

বিষ্ণু বসন্ত অমসুং
হুপীশিংগা লোয়নবা
পাওথোকুলবা মতুংদা

কাবণ্ডর দশরথনা
বসন্তোৎসববু মুণ্ডাইনা
মৃগয়া বিহারবু পায়খি ॥ ৪৮ ॥

অচেনব শাগী মমাদা
শাউরক কিরকপ মতমদা
চোকথ হুইথব কোক্কুনা
অসি তাক্কুনা নত্রীনা

তেঙ্খাব মৃগয়ানা হৈহল্লি
মখোরগী ইঙ্গিংপু থওহল্লি।
ভয়াং ভয়াংহল্লি হকচাংবু
মানা মৃগয়া চংলম্মি ॥ ৪৯ ॥

মৃগয়াগী মতিক চারবা
অচৌব ওকশমদা লীক্কংবু
নিপারক্কগী অখোইবা
শগোল খোঙ্গুননী উত্থুলনা

ফিজোলবুদি শেংলিবা
হুর্কাচিন্দুনা পুরিবা
দশরথ মহাক্লা
অতিয়াবু কুপ্পশিনখি ॥ ৫০ ॥

বনগী লৈরাং পরেংনা
মকুরিংকী মচুনা
শগোলগীদি খোঙচংনা
মানা শক্তি চংলিবা

মশমজিবু পুল্লিবা
উনাগী মচু মাল্লিবা
সনাগী কুণ্ডল হায়লিবা
লমদমমত্থা নীংথিখি ॥ ৫১ ॥

মেঙলবা উরী খিবিক্তা
খোইমুশিংদা মমীংকি
বন দেবতা শিবিক্তা
পোলহল্লিবা মহাকপু

মশক মুর্ত্তি চঙখ্রবা
থবকপুদি হাপখ্রবা
নীতিনা কোশল লৈবাকপু
লবীদুদা য়েংলম্মি ॥ ৫২ ।

হুই য়োকপ কাঙলুপ্না
অহানবদা লৈরম্বা
হুরান চীছি চেনখ্রবা
অকনবা লৈপাক লৈরবা
শা উচেক্ লমবগনা

লাং থাকপ মীশিংনা
চাক্লম্বা লাম্মৈ মুংখ্রবা
শগোল চংপা য়ারবা
তু খোঙ মচানা তিল্লবা
থল্লব বনদা চঙশিনখি ॥ ৫৩ ॥

মাগী ধনুষ্টঙ্কারনা
পুক্তা অরাব পক্লবা
শনাগুমা ভাংলবা
চুমধাংবু ভাদ্রমাসনা

নোংশাবুদি কিহনবা
দশরথ নিংথৌনা
নোংগাং লীরি চল্লবা
তোবগুম্ লীকং পায়খরে ॥ ৫৪ ॥

মযাগী মখোম য়ৈরিবা
চংপা য়াদ্রবী শজিগী
চাউথোকপা কৃষ্ণসারনা
মপৈ অতুনা মহাক্কী

শজিগী মচাশিংক্তনা
অমোম কাঙলুপ্তা তিল্লবা
মাঙ খারবা শজিগী
মমাংগ অতুদা লাক্লম্মি ॥ ৫৫ ॥

অয়াঙবা শগোলদা তোংলিবা
শক্কংলক্লবা দশরথনা
চংলম্ব পরেং কায়রবা
মপি তারবা কিরবা
বন'দা নুংশিংনা নিকলবা,

তেন্দোং নুংদগী তেক্লৈবু
কোয়না কোয়না তাল্লিবা
শাগী শক্লপ অতুনা
মমীংশিংনা য়েংবনা
নীকলমল দলনা তোবগুম শংখি ॥ ৫৬ ॥

হরিগী মথৌনাগুম্লবা
তেন্না থাগে নীংলিবা
খজিল্লগ লেপ্লিবী
মশানা কামুক গুইবনা
নাথোং মৌনা চিঙখ্রবা

লীকং পায়না নিংথৌনা
মথংলেন শজিগী হকচাংবু
শজী অমোম্বু উরগা
থৌজাল পুকচেল চেম্লুনা
তেনবু কাপথোকখিরমদে ॥ ৫৭ ॥

কিহৃদা তথক তথকপা
মপুং ফানা নীংখিবা
তথক তথকপ মতৌবু
শঙ্কীদা তেম্বানিংলবা
নাখোঙ ফাওব চত্তলগা

মমীংশিং অহু উবদা
চান্নবীগী মমীংকি
নীংথিংলকলবা অত্তোপ্পা
মাগী চেংলবা খুত্থমহু
কথন্নদমক হন্দোকখি ॥ ৫৮ ॥

রাবদগী তান্নবা
কাওথ্রমগীদি ময়োলগী
শাংনা তান্নবা অচোংপা
কোমগী নৈখোমলক্তুগী
ওক সঙ্কুগা লম্বীদা

মচীন্দগী তাক্কপা
মতং মতংনা শীল্লবা
খোঙ্গুলনা লায়না খঙলবা
চেঙ্হোকলকপদা ঙায়রিবা
চঙশিনখিরম্মি মহাক্কা ॥ ৫৯ ॥

শগোলথক্তুগী খজিক্তং
শাদা তেনবু কাপ্লিবা
মশোং কাঙলবা ওকশিংনা
মাগী তেনশিংনা খুদক্তা
উপালশিংদা মশাদা

খাগী হকচাং থুপ্লিমা
দশরথ মঙোন্দা
হাইগে হায়না নীংলম্মি,
মনিঙ্গোংগী ঙাকম ওইরিবা
লেঙখিবহুদি খঙলমদে ॥ ৬০ ॥

হাংপন্দা পূক্রীং য়ুংলবা
মানা চিংলগা কাপ্লকপা
থিনবাংলয়ে হায়রগা
ইরোইবু হাননা তুহনখি

লমইরোইগী মীংমুংদা
তেননা ইরোইগী মশাবু
মকোক্তি ঙ্গরাং পক্তনা
মশানা কোননা তাজখি ॥ ৬১

ক্ষুরপ্র কোবা থোরবা
শামু গণ্ডাগী মচীবু
মকোকশিংবু য়াংহনখি
মানা কত্তবশিংদ্রগী

তেনশিংনা নিংথৌনা
ককথংলগা মথোয়গী
ফত্তবশিংবু লাকলবা
হেনগংলকপহু খাঙমদে ॥ ৬২ ॥

মুংশিংনা খুদেকখরবা
বৃক্ষগুল্ম নৈরিবা

মপান শারিবা অসন
গুহাদগী চোংশিল্লকলবা

* ক্ষুরপ্র=থা মচেং শাবা তেন।

কৈশিংগী রাণীশিং
মতীকচাবা অভ্যাসনা
তেননা কবাক থল্লম্মি
দশরথ মহাক্না
মথুং য়াং মতোঁনা
তেনগী তেন্দোং ওইহনখি ॥ ৬৩ ॥

মোংশোংলক্না লোংলিবা
নির্ঘাতগুম কীনিঙাই
মখোয়গী পূক্নীং শাঙহনখি,
শা নিংথৌ হায়রিবা
নোংশাশিংবু হাৎনিংঙ্গনা
ওইবা লীরি মখোয়না
মতীক মথৌনাত্তনা ফংজবা
ৱাহৈশিবু থম্বনখিবরা ? ॥ ৬৪ ॥

শামুবু কননা য়েংথিবা
গজমুক্তা পাল্লিবা
লানফমদা মতেং পাংখ্রবা
শিংলবনি হায়নবু
অখোয়বা খুজিল মতোন্দা
নোংশাবু মানা হাংলগা
শামুশিংগী লম্বলবু
থনখি মশাবু মশানা ॥ ৬৫ ॥

• করিগুম্বদা চমরশিংগী
কোয়না থৌহুনা মহাক্না
তেনশিংবু কাপ্পুনা
অঙোব মমৈশিংতুগা
অকোয়বদা শগোলবু
নাকোং ফংনা চিংলিবা
নিংথৌগুম্ববা মখোয়বু
কায়নহল্লগা ঈংলম্মি ॥ ৬৬ ॥

শগোল নাক্কগী পাইরিবা
ৱাহোংবু নিংথৌ মহাক্না
রত্তিগী মতমদা থোক্লবা
থংনীং নীংশিংলকপদা
ফজবা মমৈ পাল্লিবা
অরাংব নৈরাংন শাল্লবা
শমজীত্রবু চাননবীগী
তেননা থাবা তৌথিদে ॥ ৬৭ ॥

মৃগয়াদা ৱামনথিবনা
ঈরীক অইংবা পুরিবা
বনগীদি লুংশিংনা
মমায়দা কারিবা হুম্মাংবু
অউম্ব উনাবু তিংহনবা
খুদক অহুদা মাঙহনখি ॥ ৬৮ ॥

মতৌ অমুম তৌহুনা
মন্ত্রীশিংনা লৈপাকী
তৎতনা তৌরকপা মরম্না
মুপীগুম্না হৈশিংবী
মথৌ অতৈ কাউথ্রবা
থৌদাং পুন্নমক পুহৌবা
থোইনা পামথ্রবা মহাকপু
মৃগয়ানা চিংথরে ॥ ৬৯ ॥

ফজব লৈমাং অমদি    উনা শয্যাদা হীগুবা
ঙাল্লব মহৌষধীনা    থাওমৈ ওইনা থাজিনা
অহীংহু কনা মাওদনা    লেনখি দশরথনা ॥ ৭০ ॥

অয়ুক অঙনব মতমদা    অচৌব পটহ্ কাপ্পগী
মখোলগুম মখোলনা    তিল্লবা শামুগী মনানা
মীকপ্ থোক্লবা ফজাকী    বন অতুদা উচেকী
মুংশিরব মখোলগী    মশক ওইবা বন্দিগী
মঙ্গলগীতবু তাহনা    পুক্লিং অহু পেল্লম্মি ॥ ৭১ ॥

মভুং অহুদা লোংমদি    রুরু কোব শজিগী
মতুং ইন্নরকপদা    বনদা মনাই মশন্না
থেংনখিত্রে নিংথৌদো    লমশাং চেল্লকপগী থাবনা
মচীন্দা কোঙ্গোল কারবা    শগোল অহু তোংহনা
তপস্বীশিংনা সেবা তৌরিবা    তমসানদী য়োথরে ॥ ৭২ ॥

তমসানদীগী ঈশিংবু    চফুনা শোকচিনবদগী
পোকলকপ গম্ভীর ওইরব    মখোলবু শান্নুন থোংবনি
হায়না খল্লুরহনা    মখোল মতুং ইন্দুনা
চংকদবা তেংঙ্গে অমথক    থাখি খুদক অতদা ॥ ৭৩ ॥

থবক অহু ক্ষত্রিয়না    তৌব হৌনদবনি
অহুবু দশরথনা    লাম্থোক্লনা তৌরম্মি।
অথঙ্ অহৈ কাঙ্বুম্    রজোগুণনা কুপ্পবদি
নত্ত অয়ান লখীদা    মথোঙ্ থাংজিল্লকপনি ॥ ৭৪ ॥

মপা কৌহনা কপ্পকপা    খোঙ্গেল অহু তাবদা
মাগী খোঙ্গ্ন থিল্লকপা    দশরথ মহারাজনা
লীশিংন খুম্লবা    তেম্ন লেংহনা লৈরম্বা
চকুগা লোয়নরম্লিবা    মুনি পুত্র উবদা
থাখিবনা থম্মোয়দা    তাশোন্না লেংথিবঙল্লম্মি ॥ ৭৫ ॥

অক্ষাওব শাগৈক পোক্লব
কুন্নগা শাগৈ জাতিবু
ঙশিং চক্ষুদা মশাবু
য়াহৈনা "দ্বিজ নত্তবা
অসি হায়না মশাগী
মহাক্লা শগোল থক্তগী
হংলকপদা মহাক্লা
ভারগা মতেক ওইরবা
তপস্বিগী মচানি"
অওইবা মশক তাক্লখি ॥ ৭৬ ॥

দশরথকী মকমদা
নহাক্লা ঐবু ঙাপাগী
য়াঁসি তাবদা নিংথৌনা
মুনি পুত্র অত্তবু
মনাক য়োনা পুরকখি
পম্থোগী গতি লৈত্রবা
মাগী মনাক্তা চঙ্লুনা
হায়বা য়াহৈ অসিবু
মুনি পুত্রনা হায়জখি
নাক্তদদি য়োহয়ু।
মশাদগী তেমা শত্রিবা
পল্লেম পম্থৌ অনিগী
মহাক নওনা পলেমগী
লীগী মরক্তা লৈরম্বা
খঙদহনা তোথিবনি
পল্লেম পম্থোদা তাহনখি ॥ ৭৭ ॥

মুনি মতৈ মনাওনা
য়াম্না কপ্লবা মতুংদা
মথবাক্তগী মচাগী
দশরথ মহারাজদা।
শংহল্লম্মি তেন'হবু,
অঙাং অহু শিরবদা
পিরাং ঙশিংবু মথুক্তা
লৌরগা শাপপু পিথরে ॥ ৭৮ ॥

মহারাজ ! নহাকসু
নচাগী অরা মৈচাক্লা
অসি হায়হনা চৈরকপা
হু কাম্লবা লিনগুম্বা
অহানবদা লাল্লুবা
অরোইব পুম্সিগী থোঙফমদা
চাক্তুনা শিবা ওইয়ুকো
থোঙনা হান্না কাওক্লবা
অহল অত্তগী মফমদা
দশরথননা হায়জখি ॥ ৭৯ ॥

ইচানিপাগী নীংথিবা
ঐংঙান্দা মুনি নহাক্লা
মায়থোং থম্বাল উত্রিনা
পীনরিবা শাপ অসে

অনুগ্রহনি লৌজরে শম্বোংনা খোইগদবা নৈকমদো
মৈনা কজনা চারুবম্ন মরুবু মত্তোন খোকহল্লি ॥ ৮০ ॥

অসিগী মতুংদা নিংথৌনা মুনি অতুদা হায়জখি
ননাই ঐবাকসে মুনি দেব ! তমথিরবা নিপানি
মহাক্না থবায় লৌবদা হেন্দোক্না মতীক চারবনি,
করি তৌজোগে তাকপীবু হায়না হঙ্গংলবদা
ঊতৈ ঊনাও অনীমক ঊচা মতুং ইনথ্রগে
মৈ চুরো *চিত্তাদা হায়দুনা মুনিনা হায়রম্মি ॥ ৮১ ॥

মনাই মশন থেংনরে দশরথ মহারাজনা
খুদক্তা মুনিগী য়াথংবু পাওথোকচরবা মতুংদা
মুনি হাংলুবগী পাপদুনা হৈনিংবা পুম্নমক মাওদুনা
সুংদা থম্লা লৈথ্রবা মশা মাওনবা ওইরিবা
অভিশাপপু পুদুনা বরবানলবু সমুদ্রনা
পুবগী মত্তোগুমদুনা বনদুদগী হনখরে ॥ ৮২ ॥

* চিত্তা=পোংলোইনবা শিং মপৈ।

# ১ম সর্গ

পৃথিবীবু ঙাক্লিবা
সম্পত্তি মপুং ফারবা
চহি কুমজা লিশিং
মতম অদু লোইখরে

পিতৃ ঋণ কোক্লবা
অমম্ববু কোক্লবা
মৈরাবু নিংথৌ মহাক্না

নরম অমতং ৱাংপনা
নৈদ্রিঙৈদা সজ্রদ্রনা
মচাগী মশক উদনা

ঋষ্য শৃঙ্গন চিংলবা
পৃক্লী খুদুম চন্দ্রন
মচা ফংজননবা

মতম অদুদা রাবণনা
ওল্লাং থাগী মুংশাগী
উরুম লাংবা উথোংদা

সমুদ্র য়োথরে লাইশিংনা
থাদোকপিরম্মি মতমদো,
খবক মহৈ য়ানংনি

অনন্তগী মশক ওইরিবা
অনন্তগী মতোক ময়ামদা
মশা পুক্লং লংলিবা

খম্বাল মথক্তা ফম্লিবী
নল্লিবা মেখলানা তিল্লবা
ঈশন শয়্যা তারিম্বা

ইন্দ্রগী তেজবু পুম্লিবা
দশরথ নিংথৌগী
তরাদগী খরা ৱাংপগী
মুনিগী শাপকী মতুংদা ॥ ১ ॥

অৱাবগী মশক ওইরবা
মচানিপাগী মশক ওইরবা
তরাই তরাই ফজিদে ॥ ২ ॥

মহাক্না মচা ফংলমদে
ৱতন মশক উদবগুম
মতম কুইনা লৈরম্মি ॥ ৩ ॥

পুরোহিতকী কাংলুপ্না
মচা পামজবা মহাক্কী
পুত্রেষ্টিযজ্ঞ তৌরম্মি ॥ ৪ ॥

ওৎপিরবা লাইশিংনা
মৈশা লাংলবা মীশিংনা
চঙবগুম বিষ্ণুদা চঙজখি ॥ ৫ ॥

যোগনিদ্রাবু বিষ্ণুনা
ঙাইনদবা হায়বসি
হায়ববু খঙহনবনিদে ॥ ৬ ॥

আসনদা লেঙশিনবিরিবা
লৈরিবা মণিগী মস্তাল্লা
বিষ্ণুবু লাইশিংনা উজখি ॥ ৭ ॥

লক্ষ্মীগী কত্রং চরৈনা
মেঙলবা খুং অনীনা
তম্পাক্তা চরণবু থম্লিবা ॥ ৮ ॥

মীং অনীনা মহাক্কী
অয়ুক্কী খুংশাগী মঙালবু
যোগীনা মুঙঙাইনা উজবা

অশাংপা থম্বাল মাল্লিবা
ভমজবা ফিগে থোল্লিবা
শরৎকী খুংথিলগুম্লিবা ॥ ৯॥

শ্রীবৎস কোৎ চিহ্নবু
ঙশিংনা সারাংশ ওইরিবা
কৌস্তভ হায়ব মণিবু

মাগী মঙালনা শঙলিব
শকয়েং মীংশেল লক্ষ্মীগী
পাক্লবা থবাক্তা শিরিবা ॥ ১০ ॥

দিব্যাভরণন লৈতেংবা
পযোমশিংনা লৈতেংবা
ঈতোপ তোপ্পা পারিজাত

উগী উশা মাল্লবা
সমুদ্রগী ঈশিং মরক্তা
পাম্বিগুম্না লৈরিবা ॥ ১১ ॥

দৈত্যস্ত্রীশিংগী খজাইগী
মথবায় পানবা থুংলাইনা

মদরাগবু মাঙহনবা
জয় লাউহ্নবা নীংলিবা ॥ ১২ ॥

অনন্তগী মকমদা
বজ্রগী য়াথুল পক্লবা
গরুড়না থোগল তৌরিবা

য়েংথি য়াথল থারবা
মরু মকাই লুক্লবা
মথুং অনী লোন্ননা ॥ ১৩॥

যোগ নিদ্রাগী মমৈদা
তুম্বগী মুঙঙাইবা হংলিবা

তরু তরুবা মীংয়েংনা
ভৃগুনচিংববু শেংলিবা ॥ ১৪ ॥

মতুঙদা লাই ময়াম্না
মহাকপু থুরুমজরগা

হিংচাবশিংবু মাঙহনবা
লৈশি লৈথোনবদ মতীক চারব

চীননা পুক্ক কংদবা

বিষ্ণুবু স্তুতি তৌরম্মি ॥ ১৫ ॥

হান্না তাইবং শেম্লিবা
য়োক্লগা অমুকস্থু মাঙহনবা

মতুঙদা মাবু য়োক্লিবা
শকুলোক পুববু থুরুমজৈ ॥ ১৬

মহাও অমত্তগা লোয়ননা
তোঙঙান্নবা মক্কমদা
মহাওবু ফাঞ্চিবগুম্না
হে ঈবুঙচো নহাকস্থু

নোংগী ঈশিং অহনা
তাক্নরগা অতোপ্পা
নশক অনী শুদবা
শকুলোন অহুম পুবনি ॥ ১৭ ॥

অয়াক তম্না নহাকসে খঙবা ঙমদে কনানা
অয়াক তম্না লোক'সিবু খঙবনিদো নহাক্কি।
অপাম্বদি ম্নাওম্রগা অপাম্বদুদি পীবনি,
অতোপ্পনদি ঙম্মগ্রা অতোপ্পবুদি ঙম্বনি,
অকুপ্প নশক ওইরগা অপোম তাইবংগী কারণনি ॥ ১৮ ॥

নক্লা থম্মোয়দা লৈরগা কংদবদগী লাপ্লিবা
চানবি হৈবদি ওইরগা অবাবনদি পঙ্কবা
অপাম্বদি লৈত্রগা তপস্যাদি তৌলিবা
*অনাদিদি ওইরগা *বিকারদি লৈতবা ॥ ১৯ ॥

পূম্নমক খঙ্লিবা নহাকসে খঙদে কনা অমনা
খ্বায়গী থোক্ফম ওইরিবা নঙদি নশাদগী থোকপনি।
পূম্নমক্কী মপু নহাক্কী মপু অমা লৈতবনি ॥ ২০ ॥

হে ভগবন্ নহাকপু সামস্তক্ত তরেংনা
লৈশি লৈথোক্লিবনি সমুদ্র ঈরম তরেংত্তা
চেপ্লিবনি অদুগা মৈনা নচীন ওইবনি
লোক ময়োল তরেংকী চঙনক্লি হায়নরি ॥ ২১ ॥

ধর্ম্মঅর্থ কাম মোক্ষ মরীবু কংনবা ওইরিবা
জ্ঞানসু যুগ মরিগী মশক মতমগী চাংসু
বর্ণ মরিগী মশক ওইবা অমুক চাওবা লোক'সিসু
মায়থোং মরি পাল্লবা নঙোন্দগী পূম্নমক থোকপনি ॥ ২২ ॥

হন্না হন্না হোংনহুনা কারহুনা পুক্নীংবু
থম্মোয় মুংদা লৈরিবা জ্যোতিগী মশক ওইরিবা
নঙবু যোগী থিবিক্লা লাঙ্গনবা নীংজরি ॥২৩॥

পোকপ ঈহৌ হৌনদনা মপোক কয়াদা পোক্লিবা
থবক ঈরৈ লৈতনা য়েক্লববুদি হাংলিবা
পূম্নমক্কী সাক্ষী ওইবনা তুম হীপ্পদি লৈত্রগা
যোগনিদ্রাদা লৈরিবা নঙবু কনানা খঙবগে? ॥ ২৪ ॥

* অনাদি=মঙোন্দগী হানবা অমা লৈতবা।

* বিকার=মহোং হোংবা।

শকনচিংব বিষয়বু
অকনবা অরুবা তপস্যা
প্রজা অমুক রাম্বু
থোকপা থোকপা লৈসন্থ

ভোগ তোগে মওন্মি
তোগে হায়বসু মওন্মি।
কনবিগেসু মওন্মি
লৈথোক্কে হায়বসু মওন্মি ॥ ২৫ ॥

মখল মখা য়াল্লবা
পুরুষ্যার্থবু পাঙহনবা
চঙলকপনি গঙ্গাগী ঈশিংনা

শাস্ত্র কয়ানা তাক্লিবা
উপায় খিবিক্না নঙোন্দা
সমুদ্রদা চঙবগুম্ ॥ ২৬ ॥

নঙোন্দা পুরুষীং হাপচবা
অপাম্বা লৈতবা মীশিংগী

নঙোন্দা মথৌ কৎচবা
লান্নবগী মরম নহাক্নি ॥ ২৭ ॥

প্রত্যক্ষ প্রমাণনা খংলিবা
মহিমা'সে নহাক্কী
বেদ অনুমান অনীনা

পৃথিবীনচিংলবা
অরাক্লমা খঙদ্রবদা
খঙ্গদব নঙোন্দদি করিনো? ॥ ২৮ ॥

নীংশিংজবদদা নহাক্না
নঙবু উজবা শোকচবা
থবক অতৈশিং অদুগী

মীশিংবু শেংদোকপি
অসিনচিংব অরেম্বা
মহৈদি কয়া য়াম্লম্নি? ॥ ২৯ ॥

রত্নশিংগুম সমুদ্রগী
চীন্না হায়বা থোক্কবা
নহাক্কী চরিত্র খিবিকসু

তেজশিংগুম সুমিংকী
পুরা খনবা উমদবা
লোইনবা থাবা উমজদে ॥ ৩০ ॥

ফজিদবসু নহাক্না
থোজান মক্তনা লোক'সিগী

লৈতে ফঙ্গদবসু
*জন্ম কর্ম্মগী মরম্নি ॥ ৩১ ॥

নঙ্গী নতীক নগুণবু
লোইশিঙ্গরগে ঈবুঙো।
লোইনা থাজবা উমদবনা

খরদং শোঙ্গরে হায়রগা
ঈচীন অসিনা ৱারকপনা
নগুণনা লোইবা নাইদ্রবনা ॥ ৩২ ।

মতৌ অসুম্না লাইশিংনা
অচুম্বদমক হায়বনি

স্তুতি তৌখি বিষ্ণুবু
নত্তে স্তুতি বিষ্ণুগী ॥ ৩৩ ॥

* জন্ম কর্ম্ম=পোকপা অমসুং থবক।

অফ মপাউ হৎবিরকপা
থৌজান ফোংদোকপিরবা
লাইশিংনা প্রলয় নত্তুনা
হিংচাবশী মশক ওইরবা

অতুনা মরম ওইতুনা
শ্রীবিষ্ণুগী মকমদা
চাংজোদা পাখৎলরবা
সমুদ্রবু কিরে হৎংখি ॥ ৩৪ ॥

সমুদ্রগী তোর্বানগী
লোরুংদা থোঙ্ঘাং তাথ বা
সমুদ্র ধ্বনিবু মায়থিবা

মনাক্তা লৈরিবা চীংশিংগী
খোঙ্গোক অতুনা বিষ্ণুনা
পীরদুনা তাকপিখি ॥ ৩৫ ॥

পুরাতন কবি ওইরবা
পোকফম কণ্ঠ তালুনা
নীংথিনা হায়দোকপিখিবা
সংস্কারনা তিন্দুনা

ভগবান্না ময়েক্কী
চিংব মফম খুদিংদা
রাহৈ অতু ফজবা
চরিতার্থদুম ওইরম্মি ॥ ৩৬ ॥

বিষ্ণুগী বদনদগী থোক্লকপা
রাহৈ অতুনা নীংথপি
থোকখিবদগী লেমহৌবা

য়াগী মণ্ডালগা য়াওরবা
মহাক্কী চরণদুদগী
থক্তা কারিবী গঙ্গাগুম্ ॥ ৩৭ ॥

থড়্লে লাইশা! নথোরগী
হিংচাবশিংনা নমথখে
নম হায়বা গুণদুনা

নতীক নথোনা অনীবু
সত্বরজ অনীবু
নমথখিবগী মতৌগুম্ ॥ ৩৮ ॥

সাধুশিংগী থম্মোয়বু
ওং নৈবগুম হিংচাবনা

চ্যেকশিন্দবদগী পাপনা
ওৎলে থওলে মরোলশিং ॥ ৩৯ ॥

ঐথোর অনীগী ঈথোনা
ইন্দ্রদেবনা ঐঙোন্দা
মশামক্তা নুংশিংনা

অমথক্তুং ওইবনা
হায়জগদবা নত্তেকো।
মৈগী মতেং পীবনি ॥ ৪০ ॥

*মশাগী থাঙ্গী ময়ানা
তরাগুবা মকোকতো
হায়বগীদি মতৌগুম

কক্তনা থাদোক্লরবা
ঐগী চক্রগী শরুক্তি
থমহৌবনি থঙগুকো॥ ৪১ ॥

মহাদেববু পেলহন্নবগীদমক রাবণনা মমাংঙৈদা মশাগী থাঙনা মকোক মথং মথং কক্লকপদা তরাগুবা মকোক অদু থাকখি।

লিনগী অকারবা লমচৎপু
কত্রবা রাবণ য়েক্লবগী
ব্রহ্মানো পীখিব বরবু
চন্দন পাম্বীনা খাঙবগুম
অকায়ব লমচৎ কয়াবু
য়েংহুনা খাঙলকপনি ঐহাক্না ॥ ৪২ ॥

মাগী তপস্যানা পেল্লবা
মীবু থৌওইদহুনা
পোৎলম 'নিপালখক্তগী
ব্রহ্মাদা রাবণ মহাক্না
লাইন শেম্বগী মমুঙদা
শিজরোই নিখি রাবণনা ॥ ৪৩ ॥

ঐনা দশরথকী
মকোক থম্বাল মপৈবু
রণভূমি পূজাগী
মচা রাম ওইহনা
অথৌব তেল্লা কক্তুনা
পোৎলম ওইহল্লকনি ॥ ৪৪ ॥

যাজ্ঞিক ব্রাহ্মন খিবিক্না
কৎলকপা শরুক্তু নখোয়গী
মুলুনা লৌথিবা ওল্লরোই
হৌনবী মতুং ইন্দুনা
মায়াবী রাক্সস খিবিক্না
লৌরনি নখোয়না থীল্লরোই ॥ ৪৫ ॥

লাইশিংগী লম্বীদা
নোঙ্গী নোংলক্তা লোংলিবা
*পুণ্যবানশিংনা *পুষ্পক
বিমান তোংহুনা চৎলিবা
রাবণ মাবু ফিবনা
উবদা কিদবা ওইরসু ॥ ৪৬ ॥

মমাঙঙৈদা রাবণনা
ফারগা বন্দিনী ওইনা
পুনশিনখিব শমজিবু
করি দোষ পক্লরোই
স্বর্গ মুপী কয়াবু
থমখি মখোয় অহুগী
নলকুবেরগী মীচৈনা
মতু নখোয়না খোক্লকউ ॥ ৪৭ ॥

*রাবণ অবগ্রহনা
লাইগী মশক ওইব লোদা
খীকথরব মতুঙদা
কৎনিং কৎনিং তৌরবা
বাহৈগী ঈশিং অহুনা
*কৃষ্ণ মেথ উখিদ্রে ॥ ৪৮ ॥

ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংনা
থৌরাংলব বিষ্ণুগী
উপানশিংগী নৈরাংনা
লাইগী মথৌগীদমক
অংশ ওইনা তুং ইনখি।
মুংশিংকি মতুং ইনবগুম ॥ ৪৯ ॥

* পুণ্যবান=পুণ্যচেনবা। *পুষ্পক=রাবণগী বিমান
* রাবণগী মশক ওইবা কুমকাংবা।
*কৃষ্ণ মেঘ=কৃষ্ণগী মশক ওইবা লোং।

মতুংত্রা দশরথকী
মৈদগী নিপা অঙকপা
পুরোহিতশিংনা উৎপা
পুত্রেষ্টিযাগশী মতৌদা
অমথক চোংথোকখিরম্মি
ইঙক ঙক্কা নৈরম্মি ॥ ৫০ ॥

আদি পুরুষ বিষ্ণুনা
অঙকপ নিপা অহুনা
সনাগী পাত্রদা হাপ্লবা
মথুং অনীনা পায়হুনা
লেংশিনখিবা মরম্মা
পুবদা বানা থোক্লবা
শঙোমদা থোংবা চরুমু
মৈহুংদগী চোংথোকখি ॥ ৫১ ॥

প্রজাপতিগা মরী লৈনবা
চরু অহুবু নিংথৌনা
অমৃতবু ইন্দ্রদেবনা
নিপা অহুনা পুরকপা
সমুদ্রনা পুথোক্লকপা
লৌথিবগুম লৌরম্মি ॥ ৫২ ।

নিংথৌ অহুগী অতোপ্পা
গুণশিং অহুবু মহাক্না
মরোল অহুম অসিগী
নিংথৌ মহাক্কী মচাবু
অমনা ফংলরোইদবা
হায়খিরম্মি মরমদি
পোক্নফম ওইবা বিষ্ণুনা
ওইনা পোকপা পাম্লম্মি ॥ ৫৩॥

নিংথৌ মহাক্ক বিষ্ণুগী
চরু অহুবু কৌশল্যা
পীনবিথি, সূর্য্যনা
তেজগী মশক ওইরিবা
কেকয়ী অনীদা থাইহনা
থক থাদা পীনবগুম মঙালবু ॥ ৫৪ ॥

কৌশল্যা হায়বীহু মহাক্না
কেকয়ী হায়বী অহুনা
অহুনা নিংথৌ অহুনা
মখোয় অনীহুদগী
ইকাই খুম্না থম্বিনী
মহাক্না চান্না থম্বিনী।
সুমিত্রাগী শরুক্তি
থাইবিরসমু থনবিথি ॥ ৫৫ ॥

পুম্নমকপু খণ্ডলবা
পুক থওবী সুপী অনীনা
তম্নাই তম্নাই থাইহনা
মপুরোইবা নিংথৌগী
মাগী মাগী শরুক্তগী
সুমিত্রাদা পীবিথি ॥ ৫৬ ॥

লোম্নবীমক ওইরবসু
সুমিত্রানা মুংশিজরম্মি
তারিবা মদরেথাবু
কৌশল্যা কেকয়ী অনীবু
শামুগী চায়রুং অনীদা
ভ্রমরীনা মুংশিজবগুম্ ॥ ৫৭ ॥

চাওখৎনবগীদমক প্রজাগী
গর্ভবু পুখৎ্র মখোয়না
সূর্য্যগী কিরণ খিবিক্লা
ল্যাইগী অংশনা ওইরকপা
য়মীং অমৃত কোরবা
জলময়গী পুবগুম্ ॥ ৫৮ ॥

চপ্ মান্নব মতমদ
কুচুনা য়াউথাংনরবী
মহৈ য়ানগদোরবা
গর্ভবুদি পুরিবী
রাজপত্নী খিবিক্তো
স (শ) স্যসম্পৎকুম নীংথিখি ॥ ৫৯ ॥

মখোয় পুন্নমক অহুদা
লীরুং পায়রবা মুর্তিবু
মশা মশাদা লাকপবু
মোইবুং চক্র গদা থাঙ্
পুরিবা অরেম্ব মীশিংনা
মমঙ্ মমঙ্দা উরম্মি ॥ ৬০ ॥

সনাগী মশাশিংত্রদা
ইশন শন্না তাহনবা
নোংগী মপৈবু চেল্লিবা
লৈরিবা কান্তি খিবিকপু
অকনব শরুম্না বহাক্না
গরুড়না থক্তা পুরম্মি ॥ ৬১ ॥

স্তন অনীগী মরক্তা
শিন্নয়স্ব কৌস্তভবু
থম্বাল হুমায় পায়রিবী
চোম্ব্বুনা লৈরিবা
মশাদবু শিরিবী
লক্ষ্মীনা ৎোগল তোরম্মি ॥ ৬২ ॥

মন্দাকিনী গঙ্গাদা
বেদগী রহস্য ব্রহ্মবু
মখোয় তরেৎন ফজনা
স্নানক্রিয়া লোইখ্রবা
মচিন্দা থীরিবা ব্রহ্মর্ষি
থৌশলবুদি তোরম্মি ॥ ৬৩ ॥

মখোয়দগী অহুগুম্বা
থম্মোয়মুংদা পেঙখৎ্র
গুরু ওইগদবনা মশাবু
মঙ্বউ তায়গা নিংথৌনা
জগৎকী গুরু বিষ্ণুগী
পুম্নহেন হেনবনি থনথরে ॥ ৬৪ ॥

অমত্ত ওইব বিষ্ণুনা
অক্সব ঈশিং মমুংদা
রাজ পত্নীশিংগী গর্ভদা
থাগুম লৈখি শকতোগ্না ॥ ৬৫ ॥

মহিথারক্তগী অথোইবী
প্রস্থতিগী মতমদা
সতী ওইবী কৌশল্যা
অহীংগীদি মতমদা

অমম্ববু মাওহনবা
তমোগুণবু মাওহনবা

অপোকপ দশরথনা
জগৎকী অহানবা মঙ্গলগী
রাম হায়না থোনখরে

চাংদম্লিঙাই লৈত্তবা
রঘু কুল'পুম্বগী
মহাক্না *সূতিকাগৃহগী

মবুক হাপ্লবী মমাদো
নীংথিজখিব অহুদি
থম্বাল লৈরিবী গঙ্গানা

কৈকেয়ীগী ভারত
মচানিপা অমা পোকখি
বিনয় কোবা লমচৎনা

সুমিত্রা কোবী মমানা
ফাইবোক ওইনা পোক্লম্মি,
বিদ্যানা তত্বজ্ঞানবু

জগৎ অসুক য়াম্বসি
অনা অয়েক পকখিদ্রে
পুরুষোত্তম বিষ্ণুগী

মূর্ত্তি মরি গুরবা
উফুল চেন্দদা মুংশিংতো
চিংব লাইনা ঙাক্লিবা

রাবণনা ওংশিরম্লবা
মশাদা মৈথু পকখিদ্রে
মতো অসি উরগা

মঙালবু ঔবখিনা ফংবগুম
মচানিপাবু ফংজখি ॥ ৬৬ ॥

ফজব শকক্রম য়েংদ্রনা
মশক ওইবা মমীংদি
মচানিপা অহুগী ॥ ৬৭ ॥

তেজবুদি পুরিবা
থাউমৈগী মশক ওইরিবা
থাউমৈবু অরেম্বা তাহনখি ॥ ৬৮ ॥

ফমুংদা লৈরিবা মচানা
মাগী মপান্দা পূজাগী
নীংথিজবগী পান্দম্নি ॥ ৬৯ ॥

কোবা চরিত্র ফজবা
মানা মমাবু লৈতেহ্নি।
সম্পত্তিবু লৈতেংবগুন্ ॥ ৭০ ॥

লক্ষ্মণ শত্রুঘ্ন অনীবু
ফজনা অভ্যাস তৌথ্রবী
ইন্দ্রিয়জয়বু পোকপগুম্ ॥ ৭১ ॥

চাকতাং শীংদাংব লৈখিদ্রে
মর্য্যাদা লেঙথরক্লবা
তুংইন্নরকপগুমথি স্বর্গনা ॥ ৭২ ॥

বিষ্ণুনা ফাওবিরবদা
রাবণবু কিবা ইন্দ্রনা
মায়কৈনা হোম্বা শরগুমখি ॥ ৭৩ ॥

মৈ মুমিং অনীমু
তরু লরু ঙানখরে।
অরাবা কোকপা মাম্লক্লে ॥ ৭৪ ॥

---

*সূতিকাগৃহ=চাবোক শং।

রাম পোকপ অত্তবদা
লিগী চহুক শিবিবদা
মণিশিংহু শাহুনা

রাক্স খিবিকী লম্বীগী
রাবণগী লুহুপালিংদগী
লৈপাক থক্তা তারম্মি ॥ ৭৫ ॥

মচানিপা পোক্লিদা
মচা অহু পোক্লকদা
যজ্ঞগী থৌরাং হাম্লনা

দশরথ নিংথৌবা
লৈহন খোংহনগদবা
ভৌথি স্বর্গ দা দুন্দুভিনা ॥ ৭৬ ॥

নিংথৌ মাগী কোম্লুদা
নোংঙম্না চুথখি,
মচা পোকপগী অহান্দা

কল্পবৃক্ষগী লৈরাংনা
মহুমক্লা মহাক্লী
মঙ্গলগী থৌরম ওইরম্মি ॥ ৭৭ ॥

জাত কর্ম্মনচিংব সংস্কার
য়োকচবী মমাশিংহুগী
ময়াম্বগুম্না লৈরিবা
চাউরকপগ লোয়ন লোয়ননা

ভৌরব অঙাং পূম্নমক
মখোম্বুদি থক্তুনা
আনন্দনা মপাগী
অসুম অসুম চাউখৎখি ॥ ৭৮ ॥

কুমারশিং অহুম্নী
নোম্লুকপগী মতৌদো
মৈগী মহৌশাগী তেজনা

মহৌশাগী ওইজবা
মতীক চাবা শিক্বানা
হেনবগুম ঘীনা হেনগৎখি ॥ ৭৯

মহৈ মহৈ মুংশিনবা
ফাওরবা রঘু শাগৈবু
বসন্তচিংব খতুনা

মচাশিংদো নিংথৌগী
লংহল্লম্মি থোইদোক্লা।
নন্দন কাননবু ভৌবগুম্ ॥ ৮০ ॥

মখোয় পূম্নমক লোইনবা
কজ্জ কজ্জুনা মরোয়নৈ
রাম লক্ষ্মণ অনী'না
অহুগুম্না মুংশিনখি

মমৈ মহৈ মুংশিনৈ
অহুম্নদি ওইদুনসু
হেন্না মুংশিনখিবা
ভরত শত্রুঘ্ন অনীসু ॥ ৮১॥

মখোয় মরীগী মসুংদা
ভরত শত্রুঘ্ন অনীগী
মৈ মুংশিং অনীগী

রাম লক্ষ্মণ অনীগী
পুকচেল তিনূনদবা ওইখিদে।
চন্দ্র সমুদ্রগী মতৌগুম্ ॥ ৮২ ॥

লৈপাক্কী মপু ওইরিবা নিংথৌ মচাশিং অতুনা
মথোয়গী নোল্লুকপা লমচৎনা তোবগুম মতীক্কা
ওল্লাং থাগী মমৈদা অমুব নোংনা তিল্লবা
সুংথিন্না তোবগুমতুনা পূক্লীং হুখি প্রজাগী ॥ ৮৩ ॥

মরি থোক্না থায়থ্রবা দশরথগী সন্তানশিং
ধর্ম্মার্থ কাম মোক্ষগী অঙ্গ মপূং ফারবা
অবতারগী মতোগুম ওয়থোক্না নীংথিজরম্মী ॥ ৮৪ ॥

মপা নীংলবা মথোয়না *বিনয়নচিংবগুণনা
মায়কৈ মরিগী মবুঙাড়া দশরথ মপাবু
সমুদ্রশিংনা রত্ননা পেলহনবগুম পেলহমখি ॥ ৮৫ ॥

দৈত্যগী থাঙ্গী ময়াবু থুদেকপ ময়া মরিনা
নীংথিবগুম ঐরাবতনা, মহৈ উব মরম্না
শোয়দ্রবনি লেপ্লবা সামনচিংব উপায়না
নীংথিবগুম নীতিনা জুবানগুম্না শাংলবা
পাম্থোম মরি অতুনা নীংথিবগুম বিষ্ণুনা
নিংথৌগী নিংথৌ মহাকস্তু মচা মরিনা নীংথিখি ॥৮৬॥

বিনয়=নোল্লুকপা।

— — —

# ১১ম সর্গ

বিশ্বামিত্রনা লাক্কুনা
যজ্ঞগী বিঘ্ন কোক্লবা
মশঘুদি থাক্লিবা
মতীঙ লৈবশিংগীদি
দশরথ মহারাজদা
কাক্কী মশা মাল্লবা
রামচন্দ্রবু নিররে।
অহল অঙাং য়েংনদে ॥ ১ ॥

পণ্ডিত সেবা তৌরিবা
তাঙনা ফংজবা ওইহনস্থ
চৎনবা য়াথং পীখরে
থরায়মকপু নিরবস্থ
নিংথৌ মহাক অহুনা
রামবু লক্ষ্মণগা লোয়নপা
কদোঔদা রঘু শাগৈদা
ফংদনদি তোকখিদে ॥ ২ ॥

মচানিপা অনীমা
লম্বীবু শীংপ চাম্বগী
মতম অহুমক্কুদা
লৈবু নোংবু হৈখবা
চংখিনবগীদমক
নিংথৌনা য়াথং পীখিবা
মুংশিংকী মরুপ ওইরিবা
নোংনা লম্বী শেংদোকখি. ॥ ৩ ॥

অপোকপগী য়াথং ঙাক্কুনা
লীরুং মখুৎতা পায়রিবা
অপোকশ চরণদা থুরুমখি.
চংলমদাইদা থুরুমজরিবা
বনদা চংকে তৌরিবা
অঙাং অনী অহুনা
অপোকপগী মপী মরীক্লা
অনীগী থক্কা শিন্থখি ॥ ৪ ॥

মপাগী তারকপ ঈশিংনা
লীরুং গাম্মরিবা অনীদো
মুন্না মুন্না য়েংলম্মি
লক্ষ্মণতনা তুংইনবা
মরম অহুনা নিংথৌনা
তেঙ্গোনবুদি থাখিদে
শিখা থরদং চোৎলবা
কোন্নুংগী মীগী মপৈনা
মুনি মতুং ইল্লম্মি ॥ ৫ ॥
রামবু পুনিংলম্মি ঋষিনা
পীনবিখি আশিষবু।
মাতনা ঙাকপা মঙম্মি ॥ ৬ ॥

মপাম্বোম অনী চৎপদা
অনী অহুগী খোংচৎতো
ঈথক্কুম হাইরবস্থ
নীংথিখি অঙাং ওইবনা।

উন্ন্য ভিদ্যাদি কৌরবা কুরেল মখল অনীমক্কী
মমীংগ মতীক চানবা ঊপাম্বাগী মথোওমদ্দি ॥ ৮ ॥

মণি চনব লৈমায়দা মতীক চাবা চংপদা
মুনি'ভুনা তাকপীবা বলাত্তিবল কৌরবা
বিদ্যাগীদি শক্তিনা কোনবগুমখি মমানা ॥ ৯ ॥

বাহননদি পুবদা মতীক চারবা রামনা
লক্ষ্মণগদি লোয়ননা অরিবা য়ারী খঙলিবা
অপোকপৈ মরুপ মুনি বিশ্বামিত্র কৌবগী
য়ারিশিংনা খঙখিদে খোঙনা চৎলি হায়রবু
দোলাই তোংবৈ মতোগুম মতম ভুদা লম্বীদা ॥ ১০ ॥

থুন্নব ঈশিং থিবিক্লা সেবা তৌজখি পুখি্রনা
তাব মুঙঙাইব মথোন্না ঊচেক্কী কাঙলুপা খিবিক্লা,
মনম মুংশিব লৈরাংগী লৈরিক খিবীক্লা মুংশিংনা
নোঙ্গী মপৈনা মমিনা রাম লক্ষ্মণ অনীবু ॥ ১১ ॥

তাপসশিংনা পামজবা মশক উবদা অনীগী
পেঙ্গখিবমুক শম্বালনা নীংথিজরব পুখ্রীবু
লম্বী চংলিব মীশিংগী অরাব খিবিক কোকহনবা
উপাল খিবিকপু উবনা পেঙ্গখিবদি নংলমদে ॥ ১২ ॥

মখুত্তা লীরুং পায়রিবা দশরথ মচানিপানা
"শিব"না মশা চাকখ্রবা কামগী তপোবন য়োরগা
ফজব শকফক্লা ঝামগা মান্নখি, নত্তে থবক্লা ॥ ১৩ ॥

বিশ্বামিত্রনা হায়রবদা তাড়কাগী শাপ খঙখয়ে,
লম্বীদা চথোক চংশিনবু খিংলবত্নদা মহাক্লা।
লীরুং খোংজিবু লৈমায়দা মুংলগা মথোয় অনীনা
লীরুংদা ঈরায় লায়নবু লীরিবুদি চল্লম্মি ॥ ১৪ ॥

লীরি খোঞ্জেলবু তারবী মচুনা কৃষ্ণপক্ষকী
অহীংগী মচু মাল্লিবী মী মকোক্লা মনাকোংদা

কুণ্ডল ওইতুনা হাররিবী
পন্নেং পরেংনা উরোক্লা
নোঙ্গী মপেনা তোরগুম্
তাড়কা কৌবী হিংচাবী
পাইরিবা কুমনা হোৎনবা
ফাওরক্লম্মি মতম'তুদা ॥ ১৫ ॥

অকনব বেগনা মহাক্কী
অশিবৈ কিবু শেংলিবী
তাড়কা মহাক অতুনা
নোংলৈ মুংশিংনা তোবগুম্
লম্বীগী উপাম নীকহনবী
নোংশাগী লক্লাউ লাউরিবী
মোংকমদগীদি হোৎনকপা
রামবু মাঙদা থংলম্মি ॥ ১৬ ॥

মখুৎ নামা থাঙ্গতুনা
নীঙ্গোং মৌনদি চোক্লবা
মাবু উরগা রামনা
অতুদবুমু নত্তনা
হোংচল্লকপী রামবু তম্না
থীরিন মেখলা থাংলিবী
মুপী হাংপগী হঙ্গোইবা
তেনগা লোয়ননা থাদোকখি ॥১৭॥

রামগী তেঙ্গৈ অতুনা
হৎখিব ছিদ্র অতুনা
*অন্তক কৌব লাইতুগী
নোঙ্গুম কন্‌বা মথবাক্তা
হিংচাব লমদা চঙদবা
চঙনব থোঙতুম ওইখরে ॥ ১৮॥

তেন্না থম্মোয়দা পাল্লবী
মানা বনগী লনতুদবু
ময়োল অহুম্মু ঙম্বনা
লেঙদ্রব রাজ্য লক্ষ্মীগা
লৈমায়থক্তদি তারবী
নীকহল্লমখিব নত্তেদো।
রাবণ হায়ব নিংথৌ'তুগী
লোয়ননা নীকহনখিবনি ॥ ১৯ ॥

রাম মন্মথগী থাংব
পাল্লবী মনম্ মুংশিবা
নিশাচরী মশক অদো
থারবা তেন্না হুদিদা
*রুধির চন্দন তৈরবী
প্রাণেশ্বরগী মনাক য়োখিদো ॥২০॥

অতুগী তুংদা রামনা
মুনিদগী ফংজরম্মি
মন্ত্র কোন্নবা থুংলাইবু
শীংবু চাকপ ঙমগদব
মাগী থৌনান পেল্লব
হিংচাবশিংবু হাংনবা
সূর্য্য কান্ত মণি'তুনা
জ্যোতি ফংরগুম মুমিংদৈতে ॥২১॥

* অন্তক — যম

* রুধির — ঈ

মুনি চীনগী তারবা
কণ্ঠধরে রামচন্দ্রনা
নীংশিংগ্রবস্থ পুক্লীংনা
শিষ্যশিংনা পূজাগী
যনানা অঞ্জলি পেনবা
যাবু উঁবদা শজিনা
তপোবনবু মপাগী
যচানীনা দশরথগী
খবিবু তেনগী মপেনা
অহীং মুংখিল অনীমক্তা
মুমিং থানা তাইবং পানবু
বন্ধুক জীব নৈরাংগুম
মাংলবা বেদী উবদা
*বিকঙ্কট ক্রচ্ থারব
খুদক্তা রামনা থক্তা
তেন্দোংদগী শংখি তেনবু
মুংশংনা ফীরান্দা য়েরবা
রামনা তেঙ্গোন অতুদা
যজ্ঞবু থুগাইরিবগী
অনীদা তেঙ্গা থোংলম্মি,
লানবা ওইবা গরুড়না
মশক খঙনা খুংলাইবু
মশানা শাঙ্গু কল্লবা
তেন অমা তেজা থোংতশী,
তাড়কা মচানিপাবু
শেংলবা আশ্রম বাখনগী
অহানব মপোক্তা থৌরম্
মরাওদি মায়া হৌরম্মি ॥ ২২ ॥
পোংলম লাওহুনা থল্লিবা
উপাল খিবিক্তা হৌরিবা
মায় লোঙখংনেকম ওইরিবা
মুনি মহাক্তা খঙখরে ॥ ২৩ ॥
যজ্ঞ দীক্ষা লৌখ্রবা
অপন খুরৌ খিবিক্তগী
মথঙ মথঙ থোক্লিবা
অমম্বদৈ কনবগুম কল্লগী ॥ ২৪ ॥
অপোব ঈগী মরীক্তা
মথৌ মথৌবু থারবা
পুরোহিতাশংনা ফিংনখি ॥ ২৫ ॥
ওনথক্তুনা মমায়বু
লাওজাশিংগী মশাগী
হিংচাব তেঙ্গোল উখি থক্তা ॥ ২৬ ॥
হুন্দোক্লগা অতৈবু
লুচংব সুবাহু মারীচ
অচৌ অচোব লিনশিংগী
লিলবোপকী লানবা ওইরা ? ॥ ২৭ ॥
শীজিন্নবা হৈবা রামনা
বায়ুনা দেবতা ওইরিবা
মহুনা চীঙমুক লল্লবা
*নারি কেনবগুম কেলহনখি ॥ ২৮ ॥

---

* বিকঙ্কট ক্রচ্ = "বিকঙ্কট" হায়বা উনা শাবাক্রচ্ মডোন্দা (যী হৈরগা মানা মৈদা হোম তৌবা)

মুখাহ কোবা অতোপ্পা
মকম মকমদা চৎলম্মী
কল্লগা আশ্রম মপান্দা
হিংচাবছুনা মায়াম্না
মাবু ক্ষুরপ্র খুৎলাইনা
উচেকশিংদা য়েম্বোকখি ॥২৯॥

যজ্ঞগী বিম্ন কোকহনবা
নীংথিজরব মথৌনা
মৌনী কুল পাক্তিগী
রাম লক্ষ্মণ অনীগী
থাগৎলগা লানফমদা
থবক পাখি পুরিৎনা ॥৩০॥

যজ্ঞগী দীক্ষা লোইরবদা
থুরুমজবদা মপাম্না
মচীন মনাও অনীবু
কুপনা খুবাক তংলবা
স্নান তৌরগা মুনিনা
ফেরে ফেরে হাইরিমা
আশিষ পীরব মতুংদা
শেংলব খুৎনা নানবিধি ॥৩১॥

যজ্ঞগী মপোৎ লোইনবা
নিমন্ত্রণ তৌখ্রে মুনিবু,
জনককী'ফাওব লীরুংগী
রাম লক্ষ্মণ অনীবু
লাওলে জনক নিংথৌনা
মানা মিথিলা চৎপদা
মপাউ তাবদা উনিংবা
লোয়নহুনা চৎলম্মী ॥৩২॥

লমশাং চৎলকপা অহুম্না
আশ্রমগী নীংথিজরবা
অহুঙ্গুম উথোং অহুদা
গৌতম মুপীনা ঙৈহাক্তং
মুমিদাংবাইগী মতমদা
উথোঙ'হুদা লৈরম্মি।
কুইনা তপস্যা তৌরিবা
ইন্দ্রগী মুপী ওইখিবা ॥৩৩॥

মুং ওইরম্বী অহল্যানা
অমুক হন্না ফংথিবদি
রামগী পদরজগী
হান্নৈ নীংথিবা মশকপু
পাপ থিবিকপু মাঙহনবা
থৌজালমক্তননিদো ॥৩৪॥

রাম লক্ষ্মণগা লোয়ননা
অর্থ কামগা লোয়নবা
মুনি মাবু জনকনা
মুনি লেঙলক্লে তাবদা
মূর্ত্তি নাইবা ধর্ম্মগুম্বা
পূজা তৌহুনা ওক্লম্মি ॥৩৫॥

অকোশদৈ লৈখা তারকপা
অধি দেবতা, নীগুম্বা
মুম্না মীৎনা য়েংলিবা
পুক্লীংনা মমীৎ কুপ্লবু
নক্ষত্র পুনবসুগী
রাম লক্ষ্মণ অনীবু
মিথিলা প্রজা খিবিক্তী
বিধিনা যাহনবনি খল্লম্মি ॥৩৬॥

ক্ষুরপ্র—তেন মখল অমা।

ক্রতুকর্ম্ম লোয়রবা | কুশিক বংশবু চিঙখৎপা
তাঙ্গা থঙলবা মুনিনা | রামনা লীক্লং উনিংলি
হায়রবসি জনক নিংথৌদা | হায়রম্মিদো তশেংনা ॥ ৩৭ ॥

জনক মহারাজনা | অকাঙব বংশদা পোক্লবা
অঙাং ওইরিব রামগী | তনৌব মশক উরগা
মাগী লীক্লংবু থোকপদা | কোন্নরোয় হায়ব খনবগা
বরদা পীগদবা কন্যাগী | মথলদি লীক্লং থেকপনি
পূর্ণ্ণীংদা মসি খনবদা | বাদনা তোকপা ওন্নখদে ॥ ৩৮ ॥

জনকনা মুনি য়েংহুনা | হায়জরম্মি মুনি দেব !
অচৌব শাম্ন কয়ানা | পাওথোকপ বাবা থবকপু
শাম্নু মচানা হোৎনবা | অরেম্বনি য়াবা ওমজরোই ॥ ৩৯ ॥

ঈকায়হনথি লীক্লংহুনা | নিংথৌ কয়া কয়াবু
লীরি চিংবদা মখোয়দো | উজ্জা কল্লব মপাম্বোম
অরেম্বনি কান্নদে | হায়হুনা লোয়না হন্নথি ॥ ৪ ॥

থুমথি ঋষিনা মঙোন্দা | রাম কয়া কনবনো*
থঙবিয়ু পাঙ্গল উরগা | কান্নদে শীংথাক্হুনা
চীংদা বজ্রগী মপাঙ্গল | ক্ষোংনা থঙব ওবগুম
মপাঙ্গলমু মসিগী | লীক্লংদা উবা ওম্বিনি ॥ ৪১ ॥

মুনিগী রাহৈ তারগা | অঙাং ওইরিব রামনা
মথৌনা লৈনি থাজখি | লাংলিকমুক্তমক চাউরবা
মৈগী মশাদা দাহিকা | শক্তিবু থাজবগুমহুনা ॥ ৪২ ॥

মনাক্তদি লৈরিব | নিপা কয়াগী মকমদা
লীক্লং পুশিল্লক্লবা | রাথৎ থাখি নিংথৌনা।
তেজগী মশক ওইরবা | লীক্লং অহু থেক্লবা
নোঙ্গী নোংবৈ কয়াদা | ইন্দ্রনা রাথৎ থাবগুম্ ॥ ৪৩ ॥

তুম্নিব বাসুকিগুম্না | কিনিঙাই ওইব লীক্লংবু
য়েংলগা লৌথি রামনা | মখাঙখৈদা শিবনা
অচেনব শক্তি তাম্নিব | তেনবু কাপখি মহাত্মা ॥ ৪৪ ॥

মীয়াম সভানা ওক্তুনা
য়েখি রামচন্দ্রবু,
লীরুং অহুবু মাথনা
লৈনা শেয়া লীরুংবু
মমীং মকপু কুপ্তনা
চীঙা পাঞ্চক কল্লবা
লায়না লীরি চল্লথী,
লীরি চনবগুম কামনা ॥ ৪৫ ॥

রামগী অকনব খুৎচিংনা
মথোলনা বজ্রগুপ্রথরে,
কৃত্রিম জাতি অমুকস্থ
লীরুং অহু তেকথরে,
পরশুরামগী মক্কময়া
হৌরক্লে তাকথিব মতানি ॥ ৪৬ ॥

হায়খিবনা হোৎদনা
রাম চন্দ্রগী মকমদা
মচানুপী সীতাবু
অগ্নি দেবগী মমাঙদা
জনক মহারাজনা
অযোনিজা ওইরিবী
বিশ্বামিত্রগী মমাঙদা
কৎপগুম্না কৎথরে ॥ ৪৭ ॥

মতীল মঙাল চাউরবা
পুরোহিতকী পূজাবু
মকমদা মাবু থারম্মি,
মচানুপী সীতাবু
নিমি শাগৈ অসিবু
জনক কোব নিংথৌনা
লোইরগা দশরথকী
বাহৈ অসিস্থ শানুনখি
নমৌ ওইবা য়াবিয়ু,
ননাই ওইরে খনবিয়ু ॥ ৪৮ ॥

থিরম্মি দশরথস্থ
অক পাউবু হায়গদবা
ফংনথরে মহাকা
খনখিব বাথল হায়বসে
মতীক চাবী মযোবু
জনক পুরোহিতনস্থ
পুন্য চেনবা মীশিংনা
কম্পবৃক্ষ ফলগুম্মি ॥ ৪৯ ॥

ইন্দ্রগী মরুপ ওইরিব
দশরথনা ব্রাহ্মণগী
জনকনা হঙ্গংচরকপা
মচীন্দগী তারগা
খোঙ থাঙষ্রে কারকপা
খুম্ব মাবা তেঙ্গোলবু
মনীং মথা তাম্লিবা
পূজা লৌরবা মতুংদা
বাহৈ অহু মহাকী
তেঙ্গোলশিংগী মথোঙগী
উকুলনা হুমিং মঙালবু
পুরহুনা থোঙশানখি ॥ ৫০ ॥

দশরথ নিংথৌনা
মিথিলা নগরী ক্রোয়থরে
পুরকপ তেঙ্গোলশিংহুনা
উপবনগী উপালশিং

অঘাব দশা কংথরে,    মথোক কাবী মুপীনা
প্রিয় পুরুবগী সজোগশু    থাজবগুম মানা থাজাশি ॥ ৫২ ॥

আচার ভাক্তা চংলিবা    বরুণ ইন্দ্রগুম্নবা
জনক দশরথনা    মশা মশাগী মগুণগী
মতীক চাবী মচাশিং    মতীক চাব মচাশিংগী
লুহোংব হায়ব থবকপু    মরাং কায়না পাঙথোকখি ॥ ৫৩ ॥

*রঘু কুলগী অকবা    মীংচংকি মুখী ওইরিবা
রাম চন্দ্রনা পৃথিবীগী    মচানুপী সীতাবু,
মাগী মনাও নিপানা    সীতাগী মনাও নুপীবু,
মনাও নিপা অনীনা    তীংদা রাংদা ফজবী
কুশ ধ্বজনা পোকচবী    কন্যা অনীবু লুহোঙ্খি ॥ ৫৪ ॥

মৌ মরিগা লোয়নবা    মচানিপা মরিনা
দশরথগী মকমদা    ফল সিদ্ধ ওইরবা
সাম দান দণ্ড ভেদ    উপায় মরিগুম নীংথিখি ॥ ৫৫ ॥

মজা ইবেম্মা পূম্মক    মজা ইবুঙো খিবিক্কী
মপাম্না মহৈ য়াঙ্খি,    হন্দক বরগা বধূগা
তিনবসিদি প্রত্যয়গা    প্রকৃতিগা তিনূনবগুম্বনি ॥ ৫৬ ॥

মতৌ অসুম্না মহাক্না    মচানিপা মরিবু
মিথিলাদা লুহোংবিরগা    লম্বী অহুমদা মিথিলা
থাদোক্লগা মহাক্কী    অযোধ্যা কোমুং য়ৌখরে ॥ ৫৭ ॥

করিগুম্ব মতমদা    ধ্বজগী মশক ওইরবা
উপালশিংবু নীকহনবা    হুমজিল্লকপা নুংশিংনা
মাগী সেনাবু বাহনখি    চাংজৌ পারবা তুরেলগী
অকনবা জৈথেংনা মহোশাগী    লৈমায়বু বাহনবগুম্না ॥ ৫৮ ॥

---

*মাগী মনাও নিপান=লক্ষ্মণনা। সীতাগী মনাওনুপীবু=উর্মিলাবু। মনাওনিপা অনীনা=রাম লক্ষ্মণগী মনাওনিপা ভরত শত্রুঘ্ননা। কুশধ্বজনা পোকচবী কন্যা অনীবু=মাণ্ডবী অমসুং শ্রুতকীর্ত্তিবু।

অহুগীদি মতুংদা
মণ্ডলদা মাগী ওইরবা
গরুড়না হাংপা লিনগী
মকোক্তগী কেল্লকপা

য়েংবদা কিরবা পরিখি
মুমিংপুদি উথরে।
মপানা ইকোয় কোয়শিনবা
মণিবু উবুগী মতোংগুম ॥ ৫৯ ॥

শ্যেন পক্ষীগী মশানা
সন্ধ্যা মতমদা মংলিব
উমুল খাইমুল চেল্লিবী
রজস্বলা ওইবী নুপীগুম

অরাউব মশম ওইরিবী
নোংনা 'চোংপা মফি ওইরিবী
মায়কৈ মায়কৈ পূন্নমক
য়েংবদা য়াবা ওইখিদে ॥ ৬০ ॥

মুমিংনা থোকপা মায়কৈদা
কুত্রিমশিংগী ঈথেংনা
খরায়না মশক খঙলবা
ইনশিনবগী মতাগুম

ওন্দুনা লমহুই খিবিক্সা
পিতৃ তর্পণ তৌবনা
পরশুরাম কৌববু
অকিব ওইন খোঙলম্মি ॥ ৬১ ॥

উপদ্রবশিংহ উরগা
শান্তিগীদমক হায়ত্বনা
গুরুনা দশরথগী
মমৈদা অকব ওইগনি

মথৌ খঙবা নিংথৌনা
বশিষ্ঠ গুরুদা হংজখি।
অৱাব শরুক য়াংহনখি,
করি তোরোই হায়ত্বনা ॥ ৬২ ॥

খুদক অহুমক্তদা
তেজ পুঞ্জ অমথক
মতম খরগী মতুংদা
শেংদোক্লগা য়েংবদা

তেঙ্গোল অহুগী মমাংদা
ফোঙ লাওনা ফাওরম্মি।
লাম্মাশিংনা মমীংপু
নিপাগী মশক ওইরকই ॥ ৬৩ ॥

মপাগী শরুক ওইনবু
মমাগী শরুক ওইত্বনা
*ভার্গব অহু লৈরম্মি,
লিন্নুন য়েংলবা চন্দন

লুপ্তনবুদি থাংলিবা
লীরুংবুদি পায়রিবা
থাগা লোয়নবা কুমীংকুম
পাম্বীগী মতোংগুমহুনা ॥ ৬৪ ॥

শাউবনা পূক্লাং ফত্রবা
মপাগী য়াথংদা লেপ্লিবা
করুণা মানা *ঘৃণাবু হান্না

হোংনৈ হোংনদে নাইত্রবা
মমাগী অনীকপ লুরেনবু
মতুংদা পৃথিবীবু জয় তৌখি ॥ ৬৫ ॥

---

* ভার্গব = পরশুরাম *ঘৃণা = হক্সোয়বা।

মনাকোং য়েখংবদা
ক্ষত্রিয় জাতি হাংপগী
মাঙজোননা থীবগুম
মপা হাংখিবদগী
হাংকে থোয়াং তৌরিব
মশাগী চহী মতাঙবু
দশরথনা উরগা

গ্রাদ্বিব অক্ষ মালানা
মশীং কুনমাথোইবু
লৈখিরবা মহাক্কি ॥ ৬৬ ॥
শাউহুনা ক্ষত্রিয় বংশবু
পরশুরাম অহুবু
মচা অঙাং ওইরিবা
অরাবদা তারম্মি ॥ ৬৭ ॥

মাগী মচানিপাদা
লৈরিবা রাম হায়রিবা
অকিবসু পীরম্মি
লীক্কা লীনগা অনীদা

য়েক্লবদসু মহাক্কী
মমীং অসিনা মঙোন্দা
মুঙঙাইবসু পীরম্মি
লৈরিব রত্ন জাতিগুম্ ॥ ৬৮ ॥

অর্ঘ্য অর্ঘ্য হায়রিবা
রামনা লৈবা মায়কৈদা
মৈগী মৈরীগুম লৈরিবা
মমীংপু থাজিনখিরম্মি

নিংথৌবু হন্না য়েংদনা
ক্ষত্রিয় কুলবু শাউবগী
*তারকা চপ য়ুংলবা
পরশুরাম অহুনা ॥ ৬৯ ॥

খুত্নম চেংনা লীক্লংবু
খুরক্তা তেনবু থল্লিবা
লৈরিবা অকীব পক্লবা

পায়রিবা লানবু পাল্লিব
পরশুরামনা মমাঙদা
রামদা য়েংহুনা হায়রম্মি ॥ ৭০ ॥

ঈপা হাংখিব মরম্মা
কুনমাথোইরক হাংপনা
তুম্লম্বা লীননা শাউবগুম
নঙ্গী নথোনা তাবদা

য়েক্লব ক্ষত্রিয় বংশবু
লৈক্লরবনি ঈংহুনা।
চৈনা ফুক্লরে হায়রগা
শাউরিবনি ঐহাক্না ॥ ৭১ ॥

অতৈ অতৈ নিংথৌশিংনা
লীক্লং অহুবু জনকগী
তাবদা নঙনা ঐহাক্কী
থোনা পাঙ্গল খুদেকথে

কোম্বহনখিবা ঙমদবা
খুদেকথরে নহাক্না।
অরাঙব চীংদোলগুম্লবা
হায়না থল্লে ঐহাক্না ॥ ৭২ ॥

*তারকা=মীৎ নহা।

মতম অমদা জগৎত্তা
ঈথন্দবু খণ্ডনরবনি,
অতোপ্পবু খণ্ডদ্রবা
রাম হায়ব রাইহেনা
খোরক্লবদা নহাক্না
রাইহেনা ইকায়হল্লি ঐহাকপু ॥ ৭৩ ॥

ঐনা পাররিবা খুঞ্জাইদি
থক্তোক্তব খুৎলাইনি
য়েক্লবা অনীনি ঐহাক্তী
কার্ত্ত বীর্য্য বেরুবনি
হোৎনরিবা নহাকসু
ক্রোঞ্চনচিংব চীঙদসু
অপরাধ লৈরবা
ঈপাগী যনবী হুবনা
ঐগী মিংচৎ হুয়ানগে
য়েক্লবনি ঐহাক্তী ॥ ৭৪ ॥

মরম অতুনা ঐহাক্তী
ক্ষত্রিয় বংশ খিবিকপু
ঙমত্রবদি নহাকপু
নাপী মপৈদা চাকপাঙম
মৈ অতুতগী মগুণবু
পাঙ্গল থোনা অসিনা
মাঙহনববু ঙম্লবসু
পেনবা ঙমদে করিসু
সমুদ্রসু চাক্লবা
শীংথানবনি মীশিংনা ॥ ৭৫ ॥

মহাদেবগী লীক্রংদো
মতীক ময়াই চমথ্রবনি
ঈরৈ কনবা তুরেলগী
তোর্বান্দা হোৌবা উপালবু
শ্রীবিষ্ণুগী শক্তিনা
অতুনা থুদেকপা ঙম্বনি।
ঈশিংনা লেমফু চাথ্রবা
অতপ্পা মুংশিংনা তুহল্লি ॥ ৭৬ ॥

মরম অসিনা ঐহাক্তী
চিঙঙু তেনগা লোয়ননা
অতুবু ওইরবদি ঐহাকসে
নঙনা ঙম্লবনি হায়নবু
লীক্রংসি লীরি চল্লগা
লানদি লাপ্পা ণমখিসি।
পাম্বোম পাঙ্গল মানুনবা
য়ারগে ঐনা তশেংনা ॥ ৭৭ ॥

ঐগী মঙাল থোক্লবা
লীরি চিংত্রনা খুৎচাদা
অতুগী শরক্তা ঐঙোন্দা
শীংজং ময়া কিরবদি
হৈত্রনা তোক্তনি কান্নদে।
নখুৎ অনীহু লোনন্জো ॥ ৭৮ ॥

য়েংবদা কিরবা মহাক্না
মোমোন নোকপা মীনোক্না
রামচন্দ্রনা মহাক্তী
মতীকচাবা পাউথুম্নি
রাইৗ অসি হায়থ্রবদা
চীনবান হাইফেং লেঙলবা
লীক্রং অতুবু লোবনা
হায়না পুক্লীংনা য়াথরে ॥ ৭৯ ॥

অহানব অবতারদ
থেংনবদা রাম অদুগা
মথন্দনদু কন্দবা
চংথোকপা খঙ্গিরদি
পামরবা লীল্লং অহুলা
হেল্লা অমুক নীংঙিবি।
অনৌবা লোং অহুলা
কুরি অমুক হায়রবি ॥ ৮০ ॥

পাকল চাউবা রাজনা
নম্রবা লীল্লং অদুবু
নিংথৌশ্রিংগী মেকনা
মৈশুমক ভায়রবা
মতোন অমনা লৈখাঁদা
লায়না লীরি চম্পিনাবি।
ভার্গবনা মতম অহুলা
মৈরী থোকন মৈতবি ॥ ৮১ ॥

অমগী শক্তিনা হেন্নকপ
রাম.পরশুরাম অনীবু
সন্ধ্যা মতমদা থোক্লিবা
অমগী শক্তিনা হাল্লকপা
পূর্ণিমা কোব সুমিত্তা
সুমিং থাণ্ডম উনখি ॥ ৮২

কন্নগদি মান্নরবা
মঙোন্দা ময়াই চম্লবা
লীরিদা তেঙ্গা থোঙথবা
চানবিহৈব রাজনা
ভার্গববু মেংহুনা
তেনবুসু মেংহুনা হায়রম্মি ॥ ৮৩ ॥

মায়থিরব নঙোন্দা
ওমত্রে থীনা তেম্বাবা
নঙ্গী গন্তিবু থিঙঙুরা
কজদব স্বর্গবু
ব্রাহ্মণনি হায়রমক্তনা
অহুবু তেনুনা অসিনা
নত্রগা মক্ত যাগনা
থিঙঙুরা অমা হায়রম্মু ॥ ৮৪ ॥

ভার্গব ঋষিনা থুম্নম্মি
থাঙ্গেশেংনা নহাকপু
খণ্ডদবদি নত্তেরকো,
পৃথিবীদা কুমত্তনা
নঙ্গী বৈষ্ণব তেজবু
রামচন্দ্র মেংহুনা
পুরাতন পুরুষনি
অহুমদি ওইরগা
অবতার তৌরিব
উনিংহুনা শাউহনবনি ॥ ৮৫ ॥

ঈপাগী মেকবা থিবিকপু
সমুদ্র মাওনা পৃথিবীবু
ঈথৌমাং তোক্তবা ঐঙোম্মা
পরাজয়থক ওইরবসু
উং ওইনা মাঙহনকথবা:
সংপাত্রদা কথোকলা
নঙনা পীনবা পরাজয়,
থাগৎনিঙাই মশক্কি ॥ ৮৬ ॥

মরম অসিনা
পুণ্যতীর্থ চৎচনিগুম্ভি
ফগুভমদবা স্বর্গদি
ভোগ পামদবা ঐহাক্নি,
পুন্নমক্তগী অশিংবা!
ঐগী গতিবু থিংবিন্নু।
হায়বস্থ ঐনা খগুবনি,
মাবু ফংদ্রগা কৈদৌনি ॥ ৮৭ ॥

রামনা ফরে রাহুনা
তেৈঞ্জে অহু কাপখরে,
হেম্দোকপ ওয়রোইদবা
নোংপোক মায়কৈ ওন্দুনা
মহাক অহু ভার্গবনা
স্বর্গগী পঞ্জাও ওইখরে ॥ ৮৮ ॥

রামনা ওাকপিশু হায়জখি
মপাঙ্গলনা ওয়বা
মপাঙ্গল লৈবশিংগীদি
ভার্গব চরণ শোকচখি,
য়েক্রবশিংদা থুক্লখ্বা
অফব মীংচৎকী মরম্নি ॥ ৮৯ ॥

ঈমারোমদগী হোয়কপা
মাওহনবিরগা ঐত্তোন্দা
শমগুণবু পীবিরে.
ঐগী স্বর্গ থিংহুনা
লাক্লবনি খঙ্গদে
রজোগুণগী স্বভাবপু
ঈপারোমদগী হোরকপা
অহুনদি নহাক্না
ঐবু লাক্লবিবসে
চানবিবনি খঙ্গরে ॥ ৯০ ॥

চৎচরগে ঐহাক্তি
লাইগী থবক কয়াবু
রাম লক্ষ্মণ অনীদা
অপনবদি য়াওদনা
পাওংগোকপিরকউ ঈবুঙগো।
হায়রগা ঋষি উখিত্রে ॥ ৯১ ॥

চৎখ্রবদা মহাক্না
কোক্সিল্লগা চেজ্জেৎনা
মহুম খরদং রাক্লবা
লৈম্নো রায়শিল্লক্রবা
বিজয়ী রামবু মপানা
খনখরে নৌনা পোকপগুম্।
দশরথনা পোক্লকপা
উদা নোংনা ভাবগুম্নি ॥ ৯২ ॥

"শিব" দগী খিত্নং তারবা
চগুখোন্না শেম শারবা
লেল্লব মতুং অহুদা
সুপীশিংগী মমীৎনা
কুবলয় শাংপগুম্বা
দশরথ নিংথৌনা
লম্বীদ অহীং কয়ামুক
*মৈথিলীবু উনিংবী
লৈরিবা থোঙনাও পুন্নমক
অযোধ্যাদা চগুখরে ॥ ৯৩ ॥

* মৈথিলী=সীতা।

১২শা [illegible]

চাগদবা খিবিক চারবা
শেংকদবা খিবিক শেংলবা
দশরথনা পুন্সিগী
মমৈ য়োরক্লবদা
অয়ুকী মতম য়োরবা
থাওমৈ মৈরীগুম্লম্মি ॥ ১ ॥

অহলগী চহী মতাঙনা
কৈকেয়ীবু কিবনা
মপোক্লচিংব শাত্লনা
নাকোং ময়াদা লাক্কুনা
রামদা রাজ্য লক্ষ্মীবু
শিন্‌রো হায়না হায়রে ॥ ২ ॥

প্রজানা চানবা রামগী
অভিষেককী বার্ত্তান্না
মথোয়বু হুওঙাইহল্লম্মি
উপালবু তৌবগুম ঈশংনা ॥ ৩ ॥

কৈকেয়ী পূক ফত্তবীনা
রামাভিষেককী লাওড়িবা
পোৎচঙ পূম্নমক অত্তবু
অরাব পিরাংনা মাংহনখি ॥ ৪ ॥

শাউগল্লবী মহাক্লা
মপুরোইবনা থেমত্লনা
পীগে হায়না য়াখিবা
বর অনীথক কাঙথোকখি।
লৈথুন্দা লৈরম্ব: লিনবু
নোংয়ৈব লৈপাক্লা তৌবগুম ॥ ৫ ॥

মানা বর অনীগী
মন্থুন্দা বর অমনা
চহী কুমজা তরামরি
রামবু বনদা চংহনখি।
অমনা মহাক মশামক
লুখ্রা ওইননবগী
মরম ওইনা লক্ষ্মীবু
মচা ভরত্ততা নিজখি ॥ ৬ ॥

মপানা হান্‌না পীনবা
লৈপাকপু কপ্লা লৌরম্মি।
বন চংনব য়াথংবু
রামনা হরাওনা য়ারম্মি ॥ ৭ ॥

নিংথৌ থুবম ফংজবা
মতমদা ক্ষৌমবস্ত্রবু*
বনদা চংলমদাই মতমদা
উকুবুদি শেংলিবা
রামগী মরোং হোংদবা
মায়থোং অত্তু উবদা
অযোধ্যা প্রজা পূম্নমক
ঙক্কব কৌব য়াওখিদে ॥ ৮ ॥

ক্ষৌমবস্ত্র = .প্রশম জাংকী ফি।

সীতা লক্ষ্মণগা লোয়নবা মপাগী রাশক মাঙহন্দ।
মাবনা দণ্ডকারণ্যদা চঞ্জি শাবুগী পূক্তন্নু ॥ ৯ ॥

মচাগী কায়ন মৈগাদা রাঘব শস্বরখনা
মানা তৌবিব কর্মগী মহৈ ওইব শাপপু
নীংশিন্নেবদা শীবনা প্রায়শ্চিত্তনি থাজনি ॥ ১০ ॥

নিংথৌ মচাশিং লৈরকপা মপু মাঙথ্রব লৈপাক্তো
অচেৎপ য়েৎব য়েরুব মথুং চন্নিঙাই মানথরে ॥ ১১ ॥

নোঙাথ্রবদা নিংথৌনা মমা পোকপ মবুথৌগী
মযুমদগি লৈথিবা ভরতবু অমাত্যনা
সচিবশিংদা কৌহনথি মথোয় পূন্নমক মহাক্কী
মনাক য়োব মতমদা মপি লোয়ন মৈথংথি ॥ ১২ ॥

কৈংকয়ী মচানিপানা মপাগী শীশি অহুবু
ভাবদা রাজ লক্ষ্মীবু য়ানিংলমদে মমাবুসু ॥ ১৩ ॥

ভরতনা তেঙোল পুন্থনা বনবাসীগী কাওলুপ্না
ভাকপ রামনা লৈরম্বা আশ্রমগী উপাল খিবিকপু
উবদা হীক্না কপ্পনা মমাঙ খোঙ্গুল লীরম্মি ॥ ১৪ ॥

চিত্র কূটগী উমংদা রামনা লৈরম্বা মফমদা
নোঙাথিব মপাগী পাউবুদি তমলগা
ভরতনা মমাঙ য়েংহনা কনানা ভোগ তৌদ্রিবী
মন্তুণ থোইদোক হেন্নোকপী লক্ষ্মী লৌবিয়ু হঙ্গথি ॥ ১৫ ॥

অহন্না নিংথৌ ওইদনা নিংথৌ ওইরবদি ঐনা
ঐদি *পরিবেত্তা ওইরে হায়না ভরতনা হঙ্গথি ॥ ১৬ ॥

মপাগী মাথং হীক্তোকপা ওন্নরোই হায়না য়াত্রবা
রামচন্দ্রদা নিজথি ভরতনা খোড়ম অনীবু
লৈপাক প্রজা থিবিক্তী মপী মপাবু শেঙ্গবা ॥ ১৭ ॥

* পরিবেত্তা=মমাঙনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা অমম্থং লুহোংজ্রিঙৈদা নিংথৌ ওইবা অমম্থং লুহোংলবা মনাওবু পরিবেত্তা কৌই।

ময়াম্বনা পীনরবদা
নন্দিগ্রামদা ভরতনা
থৈরম্ব পোংপু ঙাকপগুম

অযোধ্যাদদি চঙদনা
চংখ্রগা রামগী রাজ্যবু
চ্যেকশিন্না ঙাকপ হোংনখি ॥ ১৮ ॥

ময়াম্বদা ভক্তি চেংলবা
মমানা তৌখিব পাপকী

রাজ্য পামদবা ভরতনা
তৌখিবগুম্বি প্রায়শ্চিত্ত ॥ ১৯ ॥

মনাওগা লোয়নবা রামনা
বনদা উঁহে চান্নুনা
বৃদ্ধগী ব্রত অদুবু

ঈংনা সীতাগা লোয়ননা
'ফাওবা ইক্ষাকু বংশগী
লৌখি নহা ওইনমক ॥ ২০ ॥

রামনা নোংমগী মুমিত্তা
লেংহন্দবা ছায়ানা
চঙ্গ্নুনা হাইফেং রাবগুম

মশাগী শক্তি প্রভাবনা
তিল্লব বনস্পতিদা
সীতাগী তম্পাক্তা তুম্লম্বি ॥ ২১ ॥

ইন্দ্রগী মচা কাকনা
রামগী উপভোগগী
মীগী দোষদ মথিব
মীওইশিংগী থৌদোগুম

সীতাগী স্তন অনীদা
চিহ্ন খিবিক অতুদা
মশাগীবুদি উদবা
মথুজিন্নদি খোংলম্বি ॥ ২২ ॥

সীতানা হৌদোক্লবদা
ইষীকাস্ত্রবু কাপ্লম্বি
মমীং নামবু কংলগা

রামনা কাক অতুদা
কাক অত্র মশাগী
উচিল নাচিল হিংজহৌই ॥ ২৩ ॥

নক্লব লমদম ওইবনা
লাকপ য়ারি থল্লহুনা
মফম অতুদা লৈরিবা

অমুক হন্না ভরতনা
শজিশিংনা থৌরাংনা
চিত্রকুটবু থাদোকখি ॥ ২৪ ॥

অতিথিশিংগী মরীদা
আশ্রমদা রামনা লৈরগা
লৈরিব মুমিংকুমহুনা

অফব খুদোং পীরিবা
মিথুননচিংব রাশিদা
থা মায়কৈদা চংলম্মী ॥ ২৫ ॥

মবুঙগী মতুঙ ঈঙবী
কৈকেয়ীনা থাম্না থাম্না
রাজ লক্ষ্মীনা তৌবগুম

জনক মচানুপীনা
গুণবু খৌরাংজরিবী
নীংথিজরম্মি মতমদো ॥ ২৬ ॥

অনসূয়ানা পীনবা
অঙ্গরাগবু সীতানা
লৈরাংদগী থোইমুশিংনা

মনম্না পুক্নীং হুরবা
তৈবদা বন অদুগী,
লোইনবা পাইথোকখিরম্মি ॥ ২৭ ॥

সন্ধ্যাদা মংব নোঙ্গী
মনীং বিরাধ কৌরবা
রামগী লম্বী থংলম্মি

মচুগুম ডাংশং ডাংলবা
হিংচাব কনাগুম্বনা
রাহুনা থাগী থংপগুম ॥ ২৮ ॥

রাম লক্ষ্মণগী মরক্তা
তাপ্লাক্লুনা মুনথরে
অবগ্রহ কৌরদুনা

হিংচাবদুনা সীতাবু
শ্রাবণ ভাদ্রগী মরক্তা
মুনবগুম্না বৃষ্টিদু ॥ ২৯ ॥

ককুৎস্থ বংশদ পোকপা
বিরাধ থরায় লৌরগা
মনম লাক্কনি খন্দুনা

রাম লক্ষ্মণ অনীনা
আশ্রম সিদা ফত্তবা
ফুমথিরম্মি লৈন্নংদা ॥ ৩০ ॥

মর্য্যাদা কায়দনা লৈরম্মি

শরেপ ফাদ্রিন বিন্ধ্যগুম্ ॥ ৩১ ॥

রাক্ষসী শূর্পণখানা
রাম উমজনা চৎশিনখি
লিন অমোম অদনা

কামগী মৈনা চাক্লুনা
কাম্লেন মুংশানা চাক্লবী
চন্দন গার্গাদা চৎবগুম ॥ ৩২ ॥

সীতাগী মমাঙ মক্তদা
মপুরোইব ওইন রামবু
"কাম"না মপুঙ কারবদি

মতম খঙদবনি মুগীদি ॥ ৩৩

মণ লাবগী মরেঙ্গুম্বা
রামনা নিপাবু থিরিবী

মরেঙনা মাগী ওইরিবা
রাক্ষসী 'হুবু য়েংদুনা

মুপী মচাও ! ঐহাক্তি
ঐগী ঈনাওনিপা'সিদা
ঈয়ুম পাল্লব নিপানি,
চঙজো হায়নবু তাকপীখি ॥৩৪॥

হান্না ময়াম্ব 'মফমদা
লক্ষ্মণনা য়াবিরক্তবী
রাক্ষসী'গু মপাল অনী
চঙজক্লবগী মরম্না
হন্না রামদা চঙজরকপী
চেনবা তুরেলগুমখরে ॥৩৫॥

ঙৈহাক্তং মশক হেল্লবী
সীতা দেবীগী মীনোক্না
ঈচিক হুল্লব সমুদ্রবু
রাক্ষসীবু শাওহল্লম্মি,
মুংশিং শীত্তব মরম্না
থোরকপ থানা তৌবগুম্ ॥৩৬॥

নোক্লবসিগী মহৈদি
নঙনা ঐবু নোক্লবদি
হায়বহুনিকো খঙজরো
খুদক্তা ফংজরক্কনি
শজিনা কৈবু নোক্লবা
অমুক্তদি য়েঙঙু ঐহাকপু ॥৩৭॥

কিতনা রামগী তম্পাকপু
অসি হায়রগা মমীংগা
কোন্দুনা লৈবী সীতাদা।
অচাবা শকফম লোখরে ॥৩৮॥

লক্ষ্মণনা অহানবদা
মকুঙদা লমলই অমোমগুম
মাগী মখোলবু তারগা
কোকিলাগুম্না পোন্নৌবী
অকীব খোল্লাও লাওরিবী
"মায়াবিনী"নি খঙখরে ॥৩৯॥

মতুও অঙ্গদ মচাক্না
পর্ণ শালাদা চঙগ্‌গা
মাবু অমুকতু হন্নবু
পাঙগুমদগী থাঙ শক্তুনা
মীবু থকহল কিহনবী
অকায়ব শকফম ফংহনখি ॥৪০॥

অখায়ব থঙিল পাল্লিবী
হুংচানা অদুম মানবীনা
তানা রাগুম্না পোক্তবী
থক্তা চৈরম্মি অনীবু ॥৪১॥

জনপ্রানদা থান্দনা য়োরগা
হিংচাবশিংবু মায়থিনবা
"খর"নচিংবগী মকমদা
রামগী থৌরাংবু তমখরে ॥৪২॥

মনানাচিংব ককথুবী
হিংচাবশিংনা রামদা
মখোয় খিবিক অত্নগী
মাবু মাওদা পুজনা
লান্দাক্লবত্ম মক্তনা
অমঙ্গলনক্ত মথোকখি ॥৪৩॥

মথুত্তা খুংলাই পায়ত্তনা হোংচিল্লক্লিবা নাপনবা
মখোয়শিংত্তবু উরগা রামচন্দ্রনা লীক্লংদা
বিজয়গী আশা থমখরে লক্ষ্মণদা সীতা শিন্নখে ॥ ৪৪ ॥

রাম অমখক্তনি হিংচাব লিশিং লিশিংনি
মখোয় থিবিক অত্তনা লানফম ময়াই অত্তদা
মখোয়গী মশীং মান্ননা রামচন্দ্রবু উরম্মি ॥ ৪৫ ॥

লমচং ফজবা কাকুৎস্থনা অসজ্জননা পল্লকপা
মশাগী দোষগুম থাণ্ডমদে দূষণ কৌব হিংচাববু ॥ ৪৬ ॥

রামনা কাপ্লকপ তেনশিংদো লীক্লংদৈ পুন্না থোক্লম্মি।
দূষণ খরত্রিশিরাগা পানবদা তুংমাঙ নাইরম্মি ॥ ৪৭ ॥

হকচাং ফাওত্তনা চংখ্রবা হান্নগী গুন্না শেংলিবা
থৌর থৌরব তেনশিংনা খরনচিংব অহুমগী
মপুন্সিদমক লৌরম্মি "ঈ"বু উচেক্না থক্লম্মি ॥ ৪৮ ॥

রামগী তেন্না ককথ্রবা অচৌব হিংচাব তেঙ্গোন্দা।
*কবন্ধদগী অতোপ্পা অতৈ অমত্তা লেপ্পমদে ॥ ৪৯ ॥

হিংচাবশিংগী তেঙ্গোন্না রামবু লাঙ্গুংনহল্লগা।
লাঙজাশিংগী মরুমদা মীকপ্ পাওদনা তুম্মম্মি ॥ ৫০ ॥

রামগী খুংজাইনা হাংখ্রবা হিংচাব অত্তক য়াম্বগী
মপাউ তল্লম্মি রাবণদা শূর্পনখা মগন্দনা ॥ ৫১ ॥

মচনগী মশক কায়হনবনা বন্ধুশিংবু হাংখিবনা
কুবের মনাও নিপানা মাগী মফোক তরামত্তা
রামচন্দ্রগী মখোঙনা কাওরক্লবনি খল্লম্মি ॥ ৫২ ॥

শক্তিগী মশক লৌরবা হিংচাব মারীচ অত্তনা
রাম লক্ষ্মণবু নমহংখি সীতাবু হুখি রাবণনা।
জটায়ুগা লাঙ্গুংনরম্মি মীকুপ অমত্তং পল্লম্মী ॥ ৫৩ ॥

* কবন্ধ—মকোক য়াওদবা মশা।

রাম লক্ষ্মণনা সীতাবু
কণ্ঠদা লৈবা থরায়না
লম্মন্দুদি কোকথ্রবা
রাম লক্ষ্মণ অনীদা
তম্নম্মি মানা মচীন্না
অশোকপ মশাহনহন্ম

শিবদা মশা ককথ্রবা
দশরথগী প্রেমগী
জটায়ুহুবু উরম্মি ॥ ৫৪ ॥
সীতা রাবণনা হুথরে.
মাগী অচৌবা থৌদাংবু
থঙহন্নগা শিখরে ॥ ৫৫ ॥

মশা শিবগী অরাবা
রাম লক্ষ্মণ অনীনা
অগ্নি সংস্কারনচিংলবা

ঈনৌ নৌনা কুংলবা
মপাদা তৌবা মতৌঙম
থৌরম পূন্নমক পাঙথোকখি ॥ ৫৬ ॥

রামগী মখুত্তা শিবনা
কবন্ধ কোব হিংচাবগী
খুদোং খিবদা মান্নবা

মশাগী শাপ কোক্লবা
পাউতাক্কি মতুং ইন্না
সুগ্রীবগা লুনা চান্নখি ॥ ৫৭ ॥

কল্লব রামনা বালীবু
বাণাগীদি মফমদা
ধাতু অমগী মফমদা

হাংলগা কুইনা পান্নকপা
সুগ্রীববু শীজিন্নবিরম্মি।
অমবু শীজিন্নবগুম্নহনা ॥ ৫৮ ॥

সুগ্রীবনা থৌদা পীরবা
থিগে হায়বগীদমক
কায়ন মৈশা লাংলবা

য়োশিংনা সীতাবু
মফম খুদিংদা চৎনখি
রামগী মনোরথগুম্ন ॥ ৫৯ ॥

সম্পাতি উন্ননরহনা
হনুমান্না চোঙখি সমুদ্র
মীশকশিংনা সংসারবু

সীতা মপাউ থঙলবঙা
মবুক্তা অপাম্বা লৈতবা
ঈরায় শায়না লানবগুম্ ॥ ৬০ ॥

হনুমান্না লঙ্কাদা
বিষ বল্লীনা কোয়রিবী
রাক্ষসীশিংনা কোয়রিবী

কোয়না মুন্না থিবদা
মহৌষধীগুম লৈরম্বী
জানকীবু উথরে ॥ ৬১ ॥

হনুমান্না সীতাদা
মশক ওইব খুদোপ অমা
সীতাগী মুঙডাইবা পিরাং

রামগীনি থঙ্ন্নবগী
কৎচরম্মি মত্নমক্তি
অইংবনা ওকখি'গুম্বা ॥ ৬২ ॥

রামগী মপাউনা সীতাবু
রাবণগী মচা অক্ষবু

মুঙডাইহল্লপা হনুমান্না
হাৎপনা নাম্নল কাহনা

ইন্দ্রজিৎকী ব্রহ্মাস্ত্রনা
অচৌবা লঙ্কা পুরীবু
পুনববু ভাইহাক খাওলগা
উৎ ওইনা মাঙহনখি ॥ ৬৩ ॥

তৌকম থোকপা থৌদাংবু
মখোঙ্ খোঙনা লাকচরবা
প্রত্যভি জ্ঞান রত্নবু
পাঙথোক্লবা হনুমান্‌না
সীতাগী থম্মোইগুম্লবা
রামচন্দ্রদা উৎলম্মি ॥ ৬৪ ॥

থম্মোইদা কোনব মণিপা
রামচন্দ্রনা কৎলম্মি
প্রিয়াগী আলিঙ্গনদগী
শোক্লবদা মীৎ পাঙব্রবা
স্তন স্পর্শদি মাওদবা
ওইবা আনন্দ অক্রুবু ॥ ৬৫ ॥

চান্‌নবী মপাউ তারগা
লঙ্কা কোয়রিব সমুদ্রবু
মহাক্কা উন্‌ননিংহনা
থাঙ্গপাৎ মচানি খনখরে ॥ ৬৬ ॥

অতিয়া লৈমায় খাক্কনা
য়োং তেঙ্গোলগা লোয়নবা
ক্রক্ ক্রক্ ইন্‌ননা চৎলিবা
রাম চৎখ্রে রাবণ হাৎনবা ॥ ৬৭ ॥

সমুদ্রগী খোঙবান্দা
রাজলক্ষ্মীনা চান্দুনা
রাবণগীদি মনাওনিপা
ফজ্বিব রামগী মফমদা
ইন্দিনবিখিবগুম্লবা
বিভীষণনা চঙজখি ॥ ৬৮ ॥

বিভীষণদা রামনা
শীবিগনি তাকপীখি
নীতি হায়বসিমক্তবু
হিংচাব নিংথৌ খুবম্বু
মতম চানবু হৌখিবা
অফব মহৈ পীবনি ॥ ৬৯ ॥

সমুদ্র মমুৎদা রামনা
হরিচেগ্নব কারকপা
য়োংবু নাপহনখি পল অমা।
*শেষগুম্বা পাতালদৈ ॥ ৭০ ॥

রামনা পনগী লম্বীনা
অনৌব সনাগী চ্যেকপলবু
সনাগী মচু মাল্লবা
সমুদ্রবু লাল্লগা
শেমগৎপগুম লৈরিব
লঙ্কা য়োংবু থৎহনখি ॥ ৭২ ॥

লঙ্কাদা য়োং হিংচাবগী
রামগী জয় রাবণগী জয়
খোকখি লানকম্ অকনবা
খোঞ্জেন্‌না মায়কৈ থনখরে ॥৭২॥

---

* শেষ—অনন্ত কৌবা লিন্

উন পরিঙ খুদেক্পা
খুংলাই হেনবা খুজিন্না খোংপ
রামগী মকোক অককপা
সীতাবু ত্রিজটানা
মানা ঐগী ঈবুঙঙো
অসিগী মাঙদা ঈবুঙঙো
মতম অদুনা ঐহাক্না
ইন্দ্রজিৎকী খুংলাইনা
গরুড় লাক্লুনা কোকথরে
অরাব অদু কুইখিদে
অদুদগী রাবণনা
তাংশোল খুংলাইনা থিল্লম্মি
নত্তে খুংলাইনা পানবদি
হনুমান্না পুরকপ
অদোবদগী কোক্লুনা
লঙ্কা নুপীশিংদুগী
"শরৎ" হায়ব মতমনা
মহাক্না মেঘনাদগী
চুমথাং মানব লীক্লংবু
য়োঙ্গী নিংথৌ সুগ্রীবনা
শকফমগ মানূনব শককপ্লু
*"টঙ্ক"নদি করুবা
চীঙ্গুম্না কুম্ভকর্ণনা
তূম্ব পামজবা নহাকসে
মতম নত্তনা হোদোকখি
কুম্ভকর্ণবু রামগী
অতৈ রাক্ষস কয়ানা
লানফমদগী হোরকপা
মখোয়গী ঈগী তুরেলদা

মুঙনা মুদগর কুপাথারবা
চীঙনা শামুবু নল্লিবা ॥ ৭৩ ॥
উবদা জ্ঞান মাঙ্খিবী
মায়ানি হায়না তাক্লম্মি ॥ ৭৪ ॥
হিংলি হায়না বাখিদে।
শোয়দনা শিরে থল্লবা
হিংখি হায়বগী ঈকায়খি ॥ ৭৫ ॥
পুনখিবগী অবাবা
রাম লক্ষ্মণ অনীগী
মঙদা থোকখিবগুম্মি ॥ ৭৬ ॥
লক্ষ্মণবু থবাক্তা
রামদি মতম অদুদা
রাবনা থম্মোয় কায়রম্মি ॥ ৭৭ ॥
মহৌষধিনা লক্ষ্মণ
অমুক হন্না তেনশিংনা
তেংথায়োনবু তখিখি ॥ ৭৮ ॥
নোঙখোং মথাক থমদবগুম
নোংশাগীদি লল্লাউবু
মথাক অমুক থল্লমদে ॥ ৭৯ ॥
কুম্ভ কর্ণবু মচলগী
ফংল্লম্মিদো লানফমদা।
মন: শিলানা তিল্লবা
রামচন্দ্রবু থংলম্মি ॥ ৮০ ॥
নয়াম্বনা অরেম্বদা
হায়বগীদি মতাগুম
তেন্না কুইন তূমহনখি ॥ ৮১ ॥
য়োং কোটিগী মরক্তা
উযুল মপৈ খিবিক্লা
তাবগুম্বা তায়খি ॥ ৮২ ॥

* টঙ্ক—মুঙ থুগাইদবা মরুপা করুবা খুংলাই

মতুঙ অদুদা রাবণনা
রাম লৈতবা নত্রগা
শোয়দ্রবনি খন্দুনা
ঙসিগী সুমিত্তা জগৎ'সে
রাবণ লৈতবরা অমদি
লানগী যাত্রা তৌরম্মি ॥ ৮৩ ॥

পদাতি ওইবা রাবুবু
সোরারেননা উরগা
শগোলনচিংব রথবু
রথী ওইবা রাবণবু
কপিল বর্ণ ওইরবা
রামগী মফমদা থারকখি ॥ ৮৪ ॥

রথ মাগী ধ্বজগী
গঙ্গাগী ঈথক মুংশিংনা
রথদা কাখি রামনা
পট অদু আকাশ
হুম্বা জয়বু ওইরিবা
মাতলি পাম্বোম পায়দুনা ॥ ৮৫ ॥

কবচবু ইন্দ্রগী
হুকচিল্লম্মি মাতলিনা
কবচ মণ্ডোল অদুদা
অরেম্বদা তাবগুম
হকচাং'দুদা রামগী
লাইশিংগী খুৎলাইনা
থম্বাল মনানা থেংবদা
অরেম্বদা মওইবা ॥ ৮৬ ॥

মহৈ মহৈ মতম কুইনা
মপাঙ্গল ফুদোক্লরবা
লানদা রাম রাবণগী
য়েংনরবা মতুঙদা
অহোব ভাঙ্গা ফংলব
মহৈ য়ানখিব মতানি ॥ ৮৭ ॥

মমাঙঙৈদা অমুম্না
রাবণ মরোন্দাম লেপ্লদো
রাম্বদৈ রাক্ষস মরক্তা
থোকখিদ্রিব অমুক্তা
মপাম্বোম মকোক মফেবোম
লেপ্লগুম্না উরম্মি ॥ ৮৮ ॥

লোকপালবু ঙম্লিবা
শিবগী পূজা কৎখিবা
য়েক্লব রাবণবু রামনা
মশাগী মকোক থিবিক্লা
কৈলাস থাঙ্গৎপা ফুকতুনা
ঈকাই খুম্নম্মি ওম্বোক্লা ॥ ৮৯ ॥

থোইদোক হেন্দোক শাউদুনা
সীতা ফংলনি তাক্লিবা
চোৎলিব পাম্বোম অদুদা
পুলস্ত্য মচা রাবণনা
দাশরথিগী য়েথৎবা
তেনদা থুন্না য়ৈশিনখি ॥ ৯০ ॥

রামগী তেনদা রাবণগী
মুডঙাইবা পাউবু লিনশিংদা
থম্মোয় ফাওদুনা লৈদুংদা
চঙখি তম্মুগে মতাগুম ॥ ৯১ ॥

অম বু অমনা ঙম্নগে
মীশক অনীগুম লৈরিবা
মশাগী বানা কক্লির
হায়দুনা ঙাংনরক্লিবা
অতোপ্পা মীগী বাহৈবু
অত্রোপ্প'মীগী খুৎলাইবু

মাগী খুংলাইনা ঙাক্লিবা
ঙমগে হায়না ত্তান্নবদা

কনব থৌবদ অমবু
খঙাত্তব শামু অনীগী
মখোয় অনীগী ময়ক্তা

মশাগী খুংলাই শীজিন্নৈ,
অসিমক্তনা পেল্লবা
রাম রাবণগী মথক্তা
মহুবু তেনগী মপৈনা

অহুগী তুংদা রাবণনা
শতঘ্নী কৌবা খুংলাইবু
বিজয় তৌহ্না ফংলকপা

রামনা দোলাই য়োদ্রিবা
হিংচাবশিংগী আশাবু
লম্ফু ককপগী মতৌগুম্

জগৎতা লীক্লং পায়বদা
প্রিয়াগী অরাব তাশোলবু
মচান্দা মন্ত্র শোনখ্রবা
রাবণবু হাংকে হায়হ্না

অতিয়াদা চামথোক্লা
মাগী ওইবা ব্রহ্মাস্ত্র,
লৈত্তেংলবা শেষগী

মচীন্দা মন্ত্র শোনখ্রবা
রাবণগী মকোক পারেংদু
গওহন্দনা মীকুপকী

তুগদবা নক্লবা
অককপা মকোক পরেংনা
হুন্দাকলকপদা ঙায়রিবা
প্রাক্রিবিপ্থনা তৌবগুম

রাম রাবণ অনীগী
অশাউবহ্ হেনগৎখি ॥ ৯২ ॥

অমনা হেন্নদবনা
ময়ক্তা পূঙনা লৈবগুম্
জয় লক্ষ্মীনা লৈরম্মি ॥ ৯৩ ॥

মীগী খুংলাইস্থ মথিঙতি,
সুরাসুর খিবিক্লা
পুষ্পবৃষ্টি চাইথরম্মি,
য়েংহ্না লৈবা তৌখিদে ॥ ৯৪ ॥

য়োংকী য়োংপী য়ৈরবা
য়েক্কবদা লংলম্মি।
যমগী গদাগুম্নবা ॥ ৯৫ ॥

শতঘ্নী হায়ব খুংলাইবু
*অর্দ্ধচন্দ্রবাণশিংনা
ঈন্না য়াদনা ককথংখি ॥ ৯৬ ॥

অনীশূদবা রামনা
শংনবা হিদাক ওইরিব
ব্রহ্মাস্ত্রবু লীক্লংদা
ত্তেঙ্গা থোঙ্গৎখিরম্মি ॥ ৯৭ ॥

শল্লবা 'ঙানবা মচান্না
কিরবা মতোক্ খিবিক্লা
মশককুম্না উথরে ॥ ৯৮ ॥

খুংলাই অহুনা রামনা
ককখিবগী অরাববু
তুষ্মাত্ত অমদা ককথংখি ॥ ৯৯ ॥

রাবণগী মশা অহুগী
ঈণক্লা তোপ তোপহনখ্রবা
কুমিৎকি ঈস্নুং চল্লবা
ওস্থোক্লা নীংথিজরম্মি ॥ ১০০ ॥

* অর্দ্ধচন্দ্রবাণ—মচীক্না থামচংশাবা তেন।

